আসাম পুন্নমকী টেক্সটবুক কমিটীনা লৌথৎলবা ক্লাস ৬।৭।৮ গুরকপগী লাইরিক মচা তরাগী মতা য়েংহুনবা লাইরিক মচা অসি লেংইজে। মাসিদা আসাম এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা শন্দোকপা সিলেবাসগী মতুংইন্না লোন তম্বীবগা লোঞ্জেননা হৌনবী অমসুং রাজভক্তি তম্বিবা হাঞ্জিবা অহু ওয়মখৈ কাঞ্জেনবা ওাকচরি। অহানবগী বারেং অনি অসিদা মীগী রাথন থন্না পুথোক-পুশিন য়াওরবস্থ অতৈদি ইশাগীনা নম্মি। লোনগী মরমদা—মরাইনা য়াওজরকপা সংস্কৃত শব্দি থংনরবা মৈতৈ লোন্নি হাঙ্গনা থন্নহুনা ওন্থোকপা তৌজজে। অরাবা অমদি—লাইরিক অসি লৈবাক মমাংদা পুথোকপা ওমগনি হাঙ্গবগী থোইনা থাজখিবা লৈতবনা বারেং পুন্নমকী লোন অমসুং রাথন চাংনাইহনবা ওমজজে অমসুং মাসি লৈবাকী মরমদা ঐনা তৌজগদবনি হাঙ্গহুনা থনবা নত্তনা মীনা ডাং-লক্রদবগী মরমদা থোইনা চিংনরুবা লৈথিদবনা লাইরিক অসিগী মফম, লেং য়াম্না হন্থবা তারে। মাসি পুন্নমক পুকচেন চাওবা পাবিবা মী পুন্নমক্না ডাকপিগনি হাঙ্গনা নিংজে। লাইরিক মচা অসিনা ঐনা ওমজরিবা অডাংশিংগী মরীদা থক্লদং কান্নক্লরবদি নোংমজক্রবগী মহৈ য়াম্লে হাঙ্গহুনা হরাওজগনি। ইতি

উরিপোক শরবন খিডেল ৬।১০।২৩ ইং } শ্রীখাইরাকপম চাউবাসিংহ।

# হিরমশাবাই :

# মৈতৈ ইশৈ।

শ্রীখাইরাকপম চাওবাসিংহ।

## হিরম লামাই





# ছাত্রমচা

## তম্বা

ভাইবংমীগা জীব অতৈগা খেন্নবা অসি কদাইদনো ? মীওইবস্তু জীব অতৈগুম্না চাই, চৎলি, তুম্মি, ল্লা ওাংই, মচা স্নুংশি, মথল্লাই হিংনবগী লানফম শোকনড়ুনা লৈল্লি। অচুম্বনি, মীওইবস্তু জীব অমনি। তৌইগুম্বস্নুং জীবনিদি হাঙ্গল্লগা মীওইবা হাঙ্গবা অসিদি ল্লাথন লৈবা জীবনি। শা, উচেকনচিংবা জীবশিংনা তৌবা থবক পুমনমক অসি অয়াম্বদি মহোশাগী ওইবা লৌশিং ( instinct ) গী মথা পোনবনি। মাড়ুদি মাখোইনা পোকপদগী লোঙ্গনরক্লবা লৌশিংনি, তমহুনা হৈল্লকপা নত্তে। যথা নিল্লামিষ চাল্লিবা অসি মাখোইনা লাইল্লিক অমদগী ফংবা নত্তে; কৈনা হাজং চাদনা শাহিং-ওাহিং চাল্লিবা অসি কনাগুম্বা মাইবা নত্রগা ডাক্তল্লনা তাকপা নত্তে; মহোশা হাঙ্গবী লাইল্লেংবীনা মাখোইবু লৌশিং অসিগা লোঙ্গননা তেংবানবদা থারক্লিবনি; মাখোইনা মাড়ু তৌদবা ওমদে অড়ুগা তৌদবা য়াত্রা হাঙ্গবস্তু মাখোইনা খনবা লৈত্তে। মীওইবস্তু জীবনি মাসি লৈত্তবা নত্তে, লৈ; তৌইগুম্বস্নুং তৃম্বা, চাবা, মচা স্নুংশিবনচিংবা হীল্লম থল্লা নত্তনা অতৈদি মীওইবদি ল্লাথনগী মথাপোল্লি। মপুনা পীবিল্লম্বা লৌশিং অড়ুভদা য়েংড়ুনা লৈখোকপা ল্লাদে; মীওইবদি মপুনশি চুম্না অনৌ অনৌবা

লৌশিং তানগদবনি। ঈশ্বরনা জীব অতৈদা থৌজানবিরগুম্বা মীওইবদদি তৌবিরমগ্রে! জীব অতৈগীদি মহৌশাগী ওইবা শাবান অমসুং লৌশিং অদুনা হিংহুনা পাম্নবগী মরীদা করিস্থ রাংপা লৈতে। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরনা মীওইববুদি চাউরবা মকোক অমা পানবিহুনা লম্ফাংবা তেংবানবদা থাদোকপিরমলে। মীওইবগী মথুত্তা অথৌবা খুজিন পান্দে; ময়া অথৌবা লৈতে, অয়াংবা মথোং পীনবিরমদে। মাহাক্কী পাকচাউরবা থোপ অদু নত্তনা মাগী পাম্বে অমা লৈতে। অদুগা অমুক মাগী রাথন অদুসু মতম পুম্নমক্তা অচুম্বাঙাক্তা থোক্তে। জীব অতৈগীদি লম্বী অমতনি; শোঙ্গবা নাইদে। অদুগা মীওইবগীদি লম্ফাংনি; লম্বেল তরা চৎকদবনি, লম্ফু কনগদবনি, অদুম তৌহুনা অমুক অনৌবা লৌশিং তানগদবনি। তেংবানবা পুম্নমক অসিমক মাহাক্কী 'স্কুলনি' পোকপগা ভর্ত্তি ওইরবনি; মরম অসিনা তম্বা হাঙ্গবা অসি মীওইনা পোক্লবদি থাদোকপা য়াবা নত্তে।

ঐখোইনা করিস্থ লৈত্রবা হিরম অসিদা নিঙাইগী নুরবা লাং শন্দোকলুবা অসিদা কনাগুম্বনা য়েংনিংদবস্থ য়াই। মরু ওইবা রাদি—লাইরিক পুম্নমক্তা মহৈ হৈতবা মীদি শাগা মাম্নে হাঙ্গবা অদু অচুম্বনি। মনুংদা শাগুম্মি হাঙ্গবদসু নত্তে; মপান্দসু অদুমগুাই। মরমদি তম্বনা মীওইবগী অপাম্ববু শেংদোকপি। খোংদগী ফুকপদা ঙাইরিবা অচুম্ব য়োৎনি, অদুগা থাংজমগী থুং চংলবা থাং অসসু য়োৎনি। অদুগা বিলাতকী সাহেবশিংগী মতুমচাশিং অদুসু মীনি। গারোগী শম্পুবী হাওনুবী অসিসু মীনি। তম্বগী অঙকপগী মশক ওইরবা শেংদোক্লবগী পাঙ্গলনা অনি অসিবু অমুপকী মতিক খেন্নহল্লে—অনি অসি লাং অমতগী জীবনি হাঙ্গবা য়োনা চিংনবা পোক্লে। অনিমক শক কক্তবা পাম্বগুারি, অনিমক

লৈভেংবা পাম্বঙ্তাক্লি। ভৌইগুম্বনুং অনিমক অসিগী শেংলা চাবগী অপাম্বগী থেন্নবা অত্তুক য়েংউ, অমবুনা থেকথেক-নোগনৌ শোন্নারেনগী জগোইশাবীগুম উই ; অমবুনা হিংচাবীগুন্না উরি। মরম অসিনা মী ওইত্তুনা তেংবানবগী শিন্দমশং অসিদা চংলবা মত্তুংদস্ত্র তমদবা য়াদে। মীওইবগী মরক্তা মথকথোংবা থুবম ফংনবা অমসুং হিংত্তুনা পানবদা জুগোৎচাবা, সুখাই-য়াইফবা পুন্নমক ফংনবগীদমক তমদবা য়াদে হাঙ্গবদি অমুক থুদম পীরুবগী কান্নবা লৈরিব্রা ? মশা পান্দবা মীনা অতিয়াদা পাইরিবা, কংফান্দা তাবা মীনা ঈশিং মনুংদা চৎলিবা, শোল্লবা মীনা মুংশিংকী মমাংথানা চেল্লিবা পুন্নমক অসি উরবদি ঐখোই ইশান। অতোপ্পা জীবগী য়ায়েন চংদনা মীওইবনা জীব পুন্নমকী মকোক্লি হাঙ্গত্তুনা লন্নাই থাগৎচ'রিবা অসি অচুম্বমক ওইরে হাঙ্গবা থংজে। অওইবমক মীওইবগী মফমদা মহৌশা হাঙ্গবী লাংরেম্বী মাইথীরে। কৈগী খুজিল থোই, কান্নত্রে ; শামুগী পাঙ্গল চাউই, চৎনত্রে ; লৈচিন্না মুমিৎ খুমত্তুনা মতম লোৎপা ঙমত্রে, মহৌশানা মাইথীরে, মীওইবগী য়াথন্না জয় ওইরে ; ঈশ্বরনা মীওইবদা থোপ পীবিরমত্তুনা তেংবানবদা জীবগী জগত্তা নিংথৌরেনগী ফম্বাল তোংলে। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদে হাঙ্গরগনু ব্রহ্মামক্তা পোকঙমত্রব'ন মীওইবগী মপোক্লি হাঙ্গবা অচুম্বনি। মাসি ফংলগা মাগী য়াথল শীজিন্নবদা লাইথোক্লবা, তম্বদা থৌশাদ্রবা মী অত্তুদি মীনুংহুৎনি হাঙ্গগে হাঙ্গয়, শানি হাঙ্গগে হাঙ্গয়ু, হাঙ্গগে হাঙ্গবত্তা হাঙ্গয়ু ঐখোইনা মাত্তুদা মুঙাইতবা তৌরোই।

ঐখোইগী য়াহৈ মতানা য়াখঙ্গেনবা মীনা নোক্লগনবা মতা অমত্রু লৈরি।—পোকপদগী তেংবানবগী স্কুলদা ভর্ত্তি ওইরে, তঙ্কমগী করি য়াৎপা লৈয়বা ? চৎাখ চৎখিবদা শিন্নেমগী

সুংশিন্নবা বীমাগী খোঙ্গেল তাবা ফংই। মীওইবগা মান্নবা লাইবককফবা জীব অমা লৈতে। অচুম্বনি, ম্নাখল নাইন্নবা মীওইবা জীবগী তমনিঙাইগী অন্নাৎপা লৈতে। তোইগুম্বসুং মীওইবা অসিদি শোল্লি, অথোৱবা খুজিল পান্দে, মচিন্দা অথোৱবা মগ্না লৈতে; করি অমুক হাঙ্গগনি মীওইবগী মকোক্তা মচি অনিদা য়েৌনা প ল্লমন্ত্রে। অদুনা কল্লবা জীব অতৈশিংগী মন্নক অসিদা লহান্না মীওইবগী মমিং মুৎথ্রগদবনি। তোই-গুম্বসুং জীবনিদি হাঙ্গন্নগা মীওইবা হাঙ্গবা অসিদি কা বুতাবা জীবনি। অমনা ওমদবা অদু মন্নাম তিন্নন্নগা ঙম্মি। অদুগা শোনবা মন্নমনা মশাগী ন্নাখন্দনসু হিংদুনা পানবা লুই, ।হ দুনা পানবদা মতিকচাবা ন্নাখল পুম্নমকসু মী অমগী থোপ্তা শুনা য়াওদে; অদুনা অমগা অমগা তম্নে, অন্নাৎপা মেনশিন্নে। অমগী ন্নাখল অমদা তাকনবা, অমগী মহৈ অমনা তমনবা মাখোইনা ন্নাহৈ থন্না ঙাংদুনা কা'বু কাংবুগী লোল হাঙ্গবা অমা অমমমসু শেম্লে; মাদুনা অমগী মতৌ অমদা তাক্লবা য়াম্না জুগোৎ চান্নি। অসুম্না অমবা অমগী মতৌ তম্বা অসিবু ঐখোইনা মহৌশানা তম্বা হাঙ্গনা থংনন্নিবা অসিনি। মীওইবা পুম্নমক্কী তক্ষম স্কুল অহুমথক্লি। অহানবদা ইমুং মনুংদা মমা, মপা, মচিন মনাওগী মফমদগী জীবগী হৌনবী, মীওইবগী হৌনবী পুম্নমক তম্মি। পণ্ডিত অমনা হাঙ্গখিবা অমা লৈ, “চ'হি মঙাদা মচাবু তম্বিবা হৌগনি হাঙ্গবা অদুদি অন্নানবনি, অরেম্বদা চ'হ মঙা মাংহল্লবা হাঙ্গবা অদুনি।” অঙাংশিংনা পোকপদগী মমামপানচিংবদগী তম্বা হৌই। মমম অসিনা মমা মপা এখোইনা ফিদম লৌগল্লবা অঙাংদা অফবা খুদম উৎনবা লাক্লবনা চুম্মি। লৈপাক্লা মেত্তুনা লাই শাবঙম্বা পল্লিবা অঙাংসু মেত্তুনা শেম্বা য়াই।

অনিগুবকপা তম্ফমনা স্কুলদনি। মীওইবগী অহানবা পরীক্ষা পাশ ওইরগা অঙাংনা ওঝাগী মফমদা তম্বা হোই। মফম অদুদা মহাকনা মীকোক খোংবা ঙম্নবা ওঝাগী মফমদগী পাউতাক লৌই। ঐখোইনা ইরিবা য়ারেং অসিদি হন্দক হাইরিব। স্কুলগী ছাত্র অসিবুনি। মতম অসিদা অঙাংশিংনা হকচাং, পুকনিং অমসুং ধর্ম্ম হিরম অহুম অসি য়াবমখৈ চাউখৎনবা লাকনগদবনি। মহৈ তম্বগী মরু ওইবা মরমবু লৌশিং তানবনি। হৌজিক্তা অয়াম্বনা শেস্তানবা নত্তুনা মহৈ তম্বগী কান্নবা লৈতে হাঙইনা নিংনরে। মাদু অরানবনি। শেস্তানবদি লৌশিংগী মতুংইনবা মংগনি। মাদু ফনা চুমদ্দুনসু ঐখোই হিন্দুগী লৌনফম খোক্তে।

লাইরিক তম্ফমশংগী তম্বা হেক লোইবগা মীওইবগী তম্বা লোইরে হায়না নিংবা লাগ্নি। মীওইবগী য়াখন্দি চাওখৎপা নাই। পুনশি চুপ্পা অসি পুমনমক তম্বগী মতিক চাবা মতম ঙাক্তনি। ঊরুহুনা য়েংলুহুনা কয়া তমনিংঙাই কয়া হৈনিংঙাই লৈরিবা হাঙইহুনবু অরেম্বনি। স্কুলদা মতম থরদং তমলগা হৈবা লোইরে হাঙইদুনা নাপল তৌরিবশিং অদু য়ামনা অপংবনি। নিউটনগুম্বা চাউরবা পণ্ডিতমরক্সু তোর্ব্বান্দগী হেক্লিনবা ঙমখিদ্রবা মহৈগী সমদ্রুবু য়াংমা লাল্লে হাঙইদুনা নাপল তৌরিবশিং অদুগা মান্নবা পংববু কনা লৈরিবগে? স্কুলগী তম্বা হেক লোইবগা ছাত্রশিংনা তেংবানবগী মশক ওইরবা তম্ফমদা চংগদবনি। মতম অদুদা মাখোইনা তম্মকপা মহৈ অদু শীজিন্নদুনা হিংদুনা পান্নবগী মরমদা অয়াম্বা হীরম তমদুনা অমুক অনৌবা হীরম তমগদবনি।

মহৈ তম্বা অসিবু ছাত্রশিংনা অরুম্বা পোৎলুম পুৎগুম য়ানা নিংই কনাগুম্বনসু করম্বদা তম্বগী য়োৎহ্লং অসি কোকহুনা তেংবানবগী মুংঙাইবগী ঈথক অসিদা ভাউজবা ঙম্মগত্রা হাঙইনা নিংঙি। তৌইগুম্বসুং মহৈ তম্বগী থাজেশংবা মরু ওইবা মরম

ফংলবা মীশিং অদুদি হিংলিবৈদনা স্বর্গগী মুংঙাইবগী অমৃত থকপা ফংঙি। মখোইনা অনৌ অনৌবা হীরম থীরুদুনা, থংলদুনা ফংবা মুংঙাইবা অদুনা অচম্বা ইস্ত্রি পেরবনা মুংঙাইবদগী য়াম্না হেল্লি। ঐখোইনা থংলবসু থংত্রবসু মাখোই অদুতবু মুংঙাইবনি হাঙ্গৈনিংঙি। মপান্দা ফনা য়ানা উদুনসু মাখোইগী থম্মোই অদু মুংঙাইবগী ইফুৎনি।

---

## ছাত্র

মহৈ তমলিবা "ছাত্র" কয়ম্বনা মমান্নবগী মকোক থংনিংদবা য়াওবগে? অফবা ছাত্রনি হাঙ্গৈদুনা মীনা থাগৎনবা অসি ছাত্র পুমনমক খেন্নবা নাইদনা চপমান্ননা পাম্বা ঙাক্কনি। নিত্তিগী হোৌনবী নাইনা ওঝাগী চিনখা থাদুনা লৈরবা ফজরবা, শেম্বা থোক্রবা ছাত্র অদুসু অফবা অমগী মকা ফল্লবা মাইথোং উরুরগা শুক্মৎতুনা করিগুম্বা মতম অমদা নংত্রবসু করিগুম্বা মতম অমদা কল্লকউবা ঙাক্কনি, মপান্দা চিনবান্দা ফনা অর্থ য়াওদনা নোকতুনসু থম্মোইগী অথুপ্পা মফমদদি মাদু পাম্বা মখৈদি ঙম্বা ঙাক্কনি। (ছাত্র হাঙ্গৈবা অসি মফম অসিদা ঐখোইনা অয়াম্বদি লাইরিক তম্ফমশংদা তমলিবা ছাত্রশিংগী মরমদা ইরে। তৌইগুম্বসুং মফম অতৈদসু অসিমঙাই। লৈপাকলৈমা অসি থাঙ্গৈশংবদি শিন্দমশংনি; মীওইবা পুম্নমক মাসিগী ছাত্র ঙাক্কনি। অহন, পাথং, নহা পুম্নমক অসি হৈয়্নবদি মপুগী শিন্দমফম অসিদা কয়া তমলিংঙাই লৈ। অমসুং তম্মুদনা য়েংঙুদনা কয়া হৈনিংঙাই লৈরিবা!) পুমনমক অসি, তৌইগুম্বসুং চপমান্ননা মীকোক থোংবা পাম্বা ঙাক্কনি। মাখোইনা নিংঙিবা অসি নকম পুম্নমক্তা থুংত্রা? পুক্নিংগী অপাম্বদি

মান্নরবস্থ মাখোইনা নিংবদি মান্ননা থুংত্রিবা করিননো ?—ফনা লুবা পাওথুমনি। মরম অতে ফনা লৈতুনস্থ ঐখোইনা হাঙ্গৈনিংঙি, মীওইবা হাইবা অসি শকমান্নদবগুম্না মান্নদে—ঙমনমক মান্ননা মকম অমতদা, হীরম অমতদা তমতুনস্থ ছাত্র পুম্নমকস্থ খেন্নে। ঐখোইনা উরুতারুতুনা থংলকপদগী ছাত্র হাঙ্গৈবা অসি মথল অহুম থোন্না খাইনিংঙি।--১। মরাইবক ফবা ছাত্র। ২। অফবা ছাত্র। ৩। শেম্বা খোক্তুবা ছাত্র। মরম অসিমক্তনা ছাত্রশিংনা চপমান্ননা তস্মিন্নদুনস্থ মান্নবা ঙমদে—মতুংদস্থ থবকী লমদা চৎনরক্লবদস্থ তোঙান তোঙান তানৈ।

মরাইবক ফবা ছাত্র হাঙ্গৈবা অসিস্থ মথল ম্নাস্মি। কনাগুম্বগী লৌশিংনা অরংবা থাংগুম্না লংঙি। মমাংদা তারবা পোৎ অদু মাহাক্কী অথৌবা বুদ্ধিনা য়েন্দেম শোইবগুম হেক্তা ককথৎলি। মাহাককী পুকচেল অমস্থং ব্রাখনগা মাবু লমজিংবিরিবা অহল্লমনগী পাউতাক্কা য়েংনবা লৈতে। তাকপিরিবা পাউতাক অদুনা অফবনি হাইনবু নিংলবদি মহাকনা কৈগী মতু ফোইবা ঙস্মি, অরাংবা চীংদা কাবা কিদে, অমম্বা গুহাদা চংবদা হঙ্গোইবা লৈতে। মাহাকনা চংলকপা মচৎ তোথোকরকপা থবক পুমনমক মেন্নাথাগী থাবন অমদি ওলাংথাগী চন্দন চাইবা লৈরাংগুম থম্মোই ইংননবগী মশক ওই। তোগদবা থবক্তা মাহাকনা মমাই ওনবা তোদে। মতম হাঙ্গৈবা অসি মমল নাইদবা লম্নি হাঙ্গৈবা মাহাক্তনা নিংথিনা খংঙি। কত্তবা সঙ্গ তিন্নদবনচিংবা অসি মাঙোন্দা অমুক পাউতাকনরুবা নাইদে। তেংবানবা শেম্বা ঈশ্বরনা মাবু তেংবানবদা তমনবগীদমক অমদি তমতুনা মশাগী অমস্থং লৈবাক্কী কান্নবা থবক অমা পাংথোকত্ত হাঙ্গৈতুনা থাবিরকপনি হাঙ্গৈবা অদুদা করি চিংনফম লৈবগে? মাতুদা মপুগী থৌজান্না অমুক্তা হৌনবী পুম্নমক গুনা খংলবা, মচাবু মুংশিবগা

লোইননা অকবা লম্বেন্দা চিংশিনবিবা হৈরবা মপা মমা ফংলবা ছাত্র অদুদি সনা মথক্তা মণি থিনবগুম্বনি। তৌইগুম্বসুং মাদুদা ঐখোইগী করিসু মিহৌরুফম লৈতে। মাদু মরাইবক ফবনি হাঙৈবদি চুম্মি ; ঈশ্বরনা মাহাকপু অরাৎ-অপাগী অনংবা থংহল্লে ; লম্ফাংলবা তেংবানবদা লমজিংবিনবা অথংবা অহৈবা অফবা মমা মপা পীনবিরে ; অহানবদা ঈশ্বরৎকে হেক নিংলকপদা মহৈগী মপু ওইরিবী সরস্বতীনা থম্মোইগী আসন্দা বাণাগা লোইননা লেংশিনবিরে অমসুং থুপ্লবা মহৈগী লাইশংগী থোং হাংদোকপিরে ; হাঙৈযু, মহৈ তম্বগী অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি ঐগী পুক্লিংগী মথা পোনবরা ? ঈশ্বরগী, মহৌশাগী লৌশিং, মহৌশাগী ফজবা লমচৎ পুম্নমক অসি খেন্নবা লৈতনা পামদুনসু নিংঙকপদা হেক লাপ্না ফংবা লম নত্তে। অসুমনা চংনফম ফবা পোকফম ফবনচিংবদগী মশাগী মহৌশাগী লৌশিংগী পাঙলন-চিংবা রাংলবসু নিংবদগী হেন্না মহৈ হৈবসু ঙম্মি ; মাদুসু মরাইবক ফবা ছাত্রনি ; তৌইগুম্বসুং লাইবক হাঙৈবা অসি পুক্লিংগী মথা পোন্দে। অদুগা মাসিগা ঐখোইনা নিংঙিবা রাখল অসিগসু করিসু মরী থোকপা লৈতে। মরমদি মাখোইগা তম্বগা থোইনা নক্লবা করি লৈবগে ?

তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা হাঙৈরিবা অসিদি অমরোমদা য়াইমবনি হাঙৈরগা অমরোমদদি মকোক ওইবা ছাত্রনি। ঈশ্বরনা মঙোন্দা অদুপ থৌবা বুদ্ধি পীবিরমদে হাঙৈদুনসু মাহাক্না মুংঙাইতবা তোদে। মীনা অমুক হোৎনবদা ঙম্বা থবক অদু মহাক্না মঙারক হোৎনবা তাই হাঙৈদুনসু মাহাক্কী অতনবা লৈতে। লাইনা মাঙোন্দা থবক ঙমনবা ইন্দ্রি পুমনমক পীদুনা মহাকপু তেংবানবদা থাবিরক্লে, মাহাক্না মাহাক্কী তৌগদবা থবক্তা মাই-ওনশিনবা অসি তৌগদবমক্লি হাঙৈনা অহানবদগী চৌনা থংই।

মনোম্ভকনবা অসি মাহাক্কী শীথোকয়কনবা মশুগনি। অমুক অনিরক নোস্মুবদা ওমত্রবস্ত মাহাক্না হনকা অমস্তুং নিংবা কাঙ্গবা ত্তোদে। মরমদি মাহাক্না মুন্না থংই হোৎনরবদা ওমদবা করি লৈবগে? অমুক্তা ওমত্রবস্ত অনিরক হোৎনগনি, অনিরক্তা ওমত্রবস্ত মণ্ডারক্কা ওমগনি; পাংগে হাঙ্গৈরিবা থবক অদুবু পাংবা ওন্নবদি মীনা অমুক হোৎনবগী মহুত্তা এরা মণ্ডারক হোৎনবা তারবস্ত মমৈদদি করি থেন্নবা লৈরবগে? নত্তবা লমচৎ, ফত্তবা রাখল পুন্নমক মহোশানা অসিগুম্বা ছাত্রশিং অসিগী পুক্লিংদা মফম-ফংদে; মরমদি মাহাক্কী থবক্না থন্নবা মপুনশি অদুদা মাহু থল্লুনবা মতম ফংদে। মাহাক্কী লমচৎনা বসন্ত ঋতুদা শিৎপা মলয়াগী নুংশিৎকুম্না থেংনরুবদা মীগী পুক্লিং শুদ্ধত্তবা ওমদে। মরাইবক থীবনা অল্লাবা অনংবগী ঈপাক্কদি ভাড়ুনা লৈরে, তম্লিবা মহৈ অদুদস্ত নত্তুনা হৈন্নবা অতৈ কয়াস্ত তৌনিঙাই লৈরি; তৌইওসস্তুং থবক অনি ফংনা তৌগদৌবি হাঙ্গবা অসি মাহাক্কী মপুক্লিংদা থল্লুবা তোদে! মরমদি হোৎনবনা মাহাক্কী পুনশিগী ব্রত ওইত্তুনা লৈরবা মী অদুনা থবক্কী লমদা অমুক করি নৌহোনা থল্লুফম লৈবগে? ম্রোকপিরিবা মমা মপানস্ত পাল্লিবা অবস্থাগী মতুংইন্না মপুক্লিংদদি ফনা নিংবা লৈদুনস্ত মচাবু থৌগৎপা ওমত্রে, করি অমুক হাঙ্গগনি করি করিওম্বা মফমদা পুক্লিং রাবগা লোইননা থামজিন্নবা ফাওবা য়ারকত্রে; মাক্কুদা মাথোইনা করি তৌগনি। মফম অয়াম্বদা হোৎনবনা অল্লাবা অনংবগী পান পুন্ননক লাম্মোকই। মশানা তম্লিংবা মীশিং অদুগী তন্দমগী করি রাৎপা লৈবগে? তোকতুনা থবক্কী লমদা চংলক্লবা অদুস্ত মাহাক্কী তম্লিংওাইনা অমুক রাৎপা লৈতে। বাঙ্গালাগী ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, বিলাতকী নিউটনচিংবা অচৌবা মী পুন্নমক্কী রাবী পায়বদি রা অসি নিংখিনা থংবা ওমগনি।

ঐখোইনা খংলবসু খংদ্রবসু মাখোই অসিতবু ছাত্র কৌনিংই। মরাইবক ঙবা ছাত্রশিংনা মহৌশানা নাপল য়াওগদ্রি (য়াও-দ্রবদি মপা লৈত্রবা ছাত্রনি) অমসুং লাইয়েন্না লম্ফুৎ কাদুনা শি হাঙ্গবগুম্না থাংথক্কা মা.গল্লি। মাহাক্কী পীথোরক্লবা লৌশিং অদুসু শীজিন্নবা য়াৎপনা তোনানগল্লি। তৌইগুম্বসুং অঙবা ছাত্রশিংগী য়াখন অমসুং লৌশিংদি তোঙ্গনা শীজিন্নবা থাংগুম্বনি, ফুদোংলবা সনাগুম্বনি। তুংদা থংক্কী লমদা চংনরক্লবদসু মাহাক্কী বুদ্ধি-লৌশিং অদু লৈবাক্কী কান্নবগাক্কা ওইরে। ধর্ম্ম হাঙ্গবা অসি মাখোইদা খোইনা লুবা-থবক নত্তে। তক্কিনা মাখোইগী থমোইদা তত্তনা শাৎপা লৈবাংনি; মরৈবাক অমসুং মাগী জাৎপু সুংশিবনা মাগী থমোইগী ঈফুৎনি।

মখল অনি অসিদা চন্দ্রবা ছাত্রমখল অমসু লৈরি। মাখোই অদুবু মখল অহুম শুবগী ছাত্র কৌবা য়াই। মাখোইগী মরক্তা কয়া মরুম অমগী দি য়াম্না লেখৎনকমসু লৈ; নোল্লুকপনা অসিগুম্বা ছাত্রশিং অসিগী মহৌশানা পীথোরক্লবা লৈতেংনি; অহল্লমনগী য়াথং ইনবগা মাখোইগী মচৎকা য়েৎনবসু লৈতে; ছাত্র পুম্নমক্কী মরু ওইবা তম্নফম 'ফজবা লমচৎ' পুম্নমক্ক মশাদা য়াৎপা তৌদে। তৌইগুম্বসুং মাখোইগী শংলবা বুদ্ধি অদুনা মহৌশানা করিগুম্বা হীরম অমতগী মসুংদা চংশিনবা ঙমদে; করিগুম্বা ওল্লবমকসু থোরক্লবা লম্বী থংদে; অদুগা মহৌশাগী ইচংথৌবা অমদি নোংমা কল্লবসু উইনকনবা য়াৎপনা মাখোই হীরম করিগুম্বা অমনা মীমাংসনবদি ঙমদে। ঙমগদবা লৈরবসু করিগুম্বা অমদা হেক পনবগা মাখোইগী লৌশিং অমসুং য়াখল অদু মমাই হেক্তা ওল্লি, মতম অদুদা মাখোইগী শংলবা বুদ্ধি অদু হীরম অদুদা অমুক ঈনশিনবা য়াত্রে। মাখোই অসিদি শেম্বা থোকওইদবা ছাত্রদি নত্তে হাঙ্গরবসু লাদে। মাসি মৈত্তে য়াথৈদা শিনফম ওল্লবা হাঙ্গবা অদুগুম্বনি।

লাইনা নংবু নংগী মুংশিরবা খোঞ্জেল অদুনা মীগী পুক্নিং শুম্নংলু হাঙ্গিদুনা থারক্লে; নংনা মাদু তোক্কনা মাইবা শাদুনা লৈরবদি নহাক্না হীরম অদুদি পাংবা ওম্বসু য়াই ওমদবসু য়াই; অদুগা লৌবুক্তা কুমদুনা লাঙ্গোন য়োৎলম ফাৎলু য়োৎলৈ নোংথাং শারু হাঙ্গিদুনা থারকপা নহাক্না মাদু তোক্কনা কললগী থবক ওম্নবদি পাংবা ওম্বসু য়াই ওমদবসু য়াই। হীরম পুন্নমক্তা শুনা ফবদি তাংই। মাসিমক্না মাখোইগী চাওথৎপগী অথেংবী য়ৈথাইবমক নত্রবসু মাসি পল্লবসু য়াতা ফনা চাই। অসুম্বা ছাত্রশিং অসিদি তুংদা থবকী লমদদি মীমাংথাবমক ওমত্রবসু মমাম্নবগা পাবা য়ারোই হাঙ্গিরুবা য়াদে। মাখোইগী মমিংদি ফকচিল্লবা ছাত্র কৌই। শেম্বা খোক্তুবা ছাত্র হাঙ্গিবা অসি অমুক অনি খোক্না থাঙ্গিরি। ছাত্র কয়ামরুমদি মহৈ হৈরুবা অসি খোংনা পাম্বা লৈতে। পামদে হাঙ্গিরুরবদি ঐখোইনা লানবা তাবসু য়াই; তৌইগুম্বসুং মাখোইনা পাম্বা অদুদি মথল অমনি; ছাত্রশিংগী থাঙ্গেশেংবা ওম্বগী মরম অদুগী কান্নবদি মখোইনা থংদে; মাখোইনা পাম্বাদি মাদুগী মহৈতনি হোংবা অদু চাউবা অদু মহৈ ওমদুনা ফরে, সুঙাইরে, য়াইফরে হাঙ্গিরবদি মাহাক্না মাখোইগী মতৌ অদু ওইনিংই, পাম্মি; অদুগা করিনা মাখোইনা অদুম্বা অফবা থুবন অদু ফংবা ওমদ্রিবনো হাঙ্গিবদি মাহাক্না থম্নিংদে। মরম অদুনা মাখোইনা ওম্বদি খোইনা পাম্বা নত্তে। মাখোইনা ওম্বনি হাঙ্গিদুনা হোৎনবগী মরমদি থাঙ্গেশেংবা মমা মপামক্তনি। মপা অদুনা নহা ওইরিঙৈদো মচাগুম্না নাম্থোকহৌদুনা তুংদা মীথা পোনবা তারক্লবদা য়ারক্তুনা নত্রগা য়ুম্বান ফবা মমামপানা মচানা মীথোই মীহেনবা পামদুনা মমিংমথা ইবা ওম্বমথৈতা, নামসঙ্কীর্তন শকপা ওম্বফাওবতা, পোরোক য়ৈবা ওম্বমথৈতদি অসিনচিংবা হাঙ্গিদুনা ওমফম অমদা থাই। তৌইগুম্বসুং

ফাইজেংশংবদি মমা মপাগী পুক্নিংদা অদুনদগী হেন্না চাউবা আশা লৈরবসু, মচা অদুনা ছাত্র নম্বর অসিগী মসুংদা তারবদি মমা মপানা হাঙ্গৈথিবা মখিংমথা ইবমথে ছাঙ্গিবা অদুদা মাহাক্কী মচেগী ওমথৈমু লোইবা তারে। অসিগুম্বা ছাত্রশিং অসিগ মমাংগী মরাইবক কবা ছাত্রশিং অদুগা মপাম্ভোংদদি ফন মায়ে। অফবা মমা মপা ফংবা, মতম কুইনা লাইরিক লোঙ্গননা লৈবনচিংবদদি মাখোইগী মরাইবক কবা ছাত্রশিং অদুগা করিসু খেন্নবা লৈতে। তোইগুম্বসুং য়াম্না খেন্নবদি মসুংদা লৈ। মিৎচিনা মমা মপাগী মমি উরিবমথৈ করিগুম্ব লাইনিংবা মনিগুম্না মাখোইনা অরুবা য়াথন থনবগুম তোই করিগুম্বদা তেনন্নানা হরিগী কোলোই শকপগুম্না খেংঙেন য়াংন শোল্লি। তোইগুম্বসুং মাদুনবু থম্মোই মসুং য়োঁরবদি মাখোইসু ছাত্রগী কাংলুপ ওনবা য়াগদবনি। তক্ষমদসু অসিমত্তাই লৈথোকপা স্কুলগী চৈরাকনচিংবা অসি অসিগুম্বা ছাত্রশিংনা শেম্বা অনোবা য়াহৈনি। কয়ামরুম অমগীদি মমা মপাগী অদুগুম্বা পৌঙ্গনশিনসু য়াওদে; হৈননবা নোম্বা, উইনকনবা; তন্নসু মাখোইনা থোইনা তৌনিংদে। পুকনিংগী নোল্লুকপ-নচিংবা অফবা য়াথন পুন্নমক্তা মাখোইগী পুকচেনগা তিন্নবা লৈতে; অদুগা মাদু হাঙ্গৈদুনসু মপানগী ভক্তি অথুম্বা য়াহৈদি মশাদা য়াংপা তোদে; মফম চাবা য়েংদুনা মথকথোংবা মীদা অথুম্বা য়াহৈ অনি মরিদং হাঙ্গৈদুনা চিরোন তোক্লবসু হৈ অহন্নমন্না মাগী শিন অদু থাদুনা মাখোইগী খুদুং ইল্লু নত্রগ অত্তোম্না অমদা হোৎনৌ হাঙ্গৈদুনা ঙাংবদসু মাহাক্না নাচুংদ; মাহাকপু তম্বিরিবা অদুগা মাইয়োক্লরিবমথৈ মাহাক্না তাক-শিবা পাওতাক অদু মসুং য়োৎরবসু চিম্বান্দা অথুম্বা য়াহৈন লোই। তোইগুম্বসুং মাদু মিকুপ অনিগী মসুংদা মপুক্ত তোক্তে; মাহাক্না ছাত্র ওইকগী মতৌ অদু পাম্মি; তোইগুম্বসুং

মাহাক্কী হৌজিক্কীদি ঙাকপা ঙমদে। কলম নাদা চিনবা লাইরিক থাকদা স্রেগ্রনচিংখতনা ছাত্র কৌবা য়াদে হায়রবা অসি মাহাক্না খংলে। মাথোই অসিদি ছাত্রগী থবক তৌবা ঙাংনি, ছাত্র নত্তে।

ছাত্র ওইবগী সুংঙাইবা অসি মাতুগী মরমদা মুন্না খংলবা অহৈ-অশিং প্রয়মক্কা য়াম্না থাগৎনৈ; মাতু পাদোকলুতুনা লাম্লে হাঙ্গবগী মরমদা য়াম্না পুক্রিং য়ানৈ; তৌইগুম্বসুং ছাত্র ওই-রিঙৈদা মাসি খংবদি য়াময়দে। মহৈ তম্মিঙৈদা মীমাম্নদক্পা মাম্না সুংঙাইতবা অসি অতৈ করি লৈবগে? চাগনি হাঙ্গবগী অরাবা খংদে, শেংকনি হাঙ্গবগী সুংঙাইতবা য়াওদ্রি; করিগুম্বা অরাবা থোগাই অমসু মথক্তা ননবা লৈতে; অতুম ওইনমক ছাত্র অয়াম্বনা মাথোইগী পুনশি অহবু পুবা ঙমদ্রব। পোৎলুমগী মতৌগুম নিংডি তেংবানবগী অরাবা অমতসু মশানা নংদ্রি; তৌইগুম্বসুং থম্মোইদি অরাবগী মৈনা চাক্লি; মাইথোংশু অরাবনা লাংশিল্লে; সুংথিল চংখিতুনা অহিং চংলকই, অমম্বা হৌখিতুনা অঙানবা লাকই মুমং, থা, চয়োল, চহি মথং মথং চংখি। তৌইগুম্বসুং মাহাক্কা মতমগীদি অওনবা লৈতে, থম্মোইদা করি অমতা হৈনিংবা পোক্তে। মাহাক্কী পুনশিগী অরাম্বা অতু থোইনা হেম্না লূমশিল্লকই। পুং, ইশৈ, লাইরিক অসি মথংমথং তৌতুনা ম্রেংঙ্‌ুই; তৌইগুম্বসুং করি অমতদসু মাহাক্ন পুক্রিং থিংজিল্লুবা ঙমদে। ময়ুমদা অমসুং তম্ফমদা নাকন অনিমক্তা চম্নবা য়াদ্রব। মী অতুগী করি লেম্ফম লৈরিবগে? সুংঙাইরবা ছাত্রগী পুনশিগী মতাং অসিদা অংসুমনা অরাবা হেক ফংলকলবদা ঐখোইনা হায়রিংঙি "নিংবা কাইগনু, নংগী তোগদবা থবক্তা নাই ওনশিল্লু"। অমরোমদা অফবা ছাত্রশিংগী পুনশি অতুদি [illegible] পয়েংবা শাগৎপনি; মাহাক্কী পুক্রিংদা অরাবা য়াথন [illegible] মতম ফংলে। অরাবদি ঙম্মরোই হায়তুনা নিংবা [illegible] অমদি হৈনিবা লৈরক্‌বদা মতুংদা পোকপনি।

মীথোই মীহেনগে তাল্লিবা; হৈসি শিংসি হাঙ্গৈদুনা ভেম্নশিংনচৈ মতম অসিদা করি মুংওাইতবা পোককম লৈবগে ? পুনশিগী মতাং অসিদা অসিগুম্বা লাইথুং অসি হেক পানবদা মথাদা ইরিবা লাইরা থরা অসি শোন্দুনা পুক্লিং হঙ্খৌ ; শোইদনা লাইকোকপা য়াই। শেম্বা থোক্ত্রনি হাঙ্গৈ হাঙ্গৈদুনা নিংবা কাঙ্গৈগনু ; মীনা শেম্বিবদা থোক্ত্রবসু নশানা শেমজৌ ; নশানা নশাগী অরাৎপা য়েংদুনা শেমজরবদা করি শেংবা থোক্কবা লৈগদগে ?

(১) তৌগদবা থবক্তা মাই ওনশিল্লু, নোম্মু, তনগমু।
(২) নিংবা কাঙ্গৈগমু, হন্না হন্না হোৎনৌ।
(৩) মীগী মপানতাংবা তমগমু।
(৪) অফবা সঙ্গ তিল্লু।
(৫) অহল্লমন্না হাঙ্গৈবা ইন্নু।
(৬) মতম মাংহনগমু।
(৭) নোল্লুকপা তম্মু।
(৮) চাংনাইবা তম্মু।

— —

## তৌগদবা থবক্তা মাই ওনশিল্লু ; নোম্মু, তনগমু।

তৌগদবা থবক্তা মাইপুননা হোৎনবা অমসুং নোম্বা হাঙ্গৈবা অসি অহল্লমন্দগী ফংবা পাউতাক্লি হাঙ্গৈদুনা ইকাই খুমনফম থোকই হাঙ্গৈবতা নত্তে, মাসি তেংবানবা শেম্বা ঈশ্বরগী মহোশাগী হোনবীনি। অতনবা, থবক্তা মাইওম্মোকপা হাঙ্গৈবা অসিদি মপুগী হৌনবী কাঙ্গৈরবা মীওইবগী থুৎশেম থইবা মচৎনি। রাথনচাউবা মী পুন্নমক্না তেংবানবগী মাইকৈ তন্নামক শীবা

থুংবা য়েংলুবদা রাখন অসি অচুম্বনি হাঙ্গৈবা মপুক্লিংদা পংবা গুমগনি। য়েংঙু, অহিংবা মমৈ হেক লোম্নকপমক্তদা কাক্কী লাম্বাউ শীল্লে, চরোইতেতু খোংলে, নোংপোক মাইকৈদা চিংখৈগী কৌদুপ হল্লে, কোরোহনবনা অমুকী মালংদা ইনৌ নৌনা শাৎ-কাইরে। অতুগী অমুক মুমিংনা অহুনা নোংচুপচীংয়া হেক থাংখিবদা তাংথক নাইত্রবা খা অমসুং থরানমিচাক্লা অহিংগী অতিয়াবু লৈতেংলি; অহিংদা তাবা জীবনা তেংবানবা অসি অমুক নৌনা মথন্নাই পানবগুম তৌরি। মতমচানা নোংতারি, মুংশিং শিৎলি, নোংথাংগী অঙকপা মংাম্না অতিয়া শীনবা থুংনা ঊাল্লি। অমুম্না তেংবানবগী শা-উচেক, তীল কাং, মৈ-ঈশিং, নোং-মুংশিৎ পুম্নমক অসি থবক্কী লমদা হরাওরি, মুংঙাইরি, লমথুংফম নাইত্রবা থবক্কী ঈচেম্না তেংবানবা শিনবা থুংনা চেল্লি। অমুম্না চহি কয়া চৎখ্রে, যুগ কয়া হোখরে; তেংবানবা শেম্বা মচাক পুম্নমক তোৎনম্নান্নদুনা মপুগী থুংশেম কয়া কাঙ্গখরে, অনৌবা কয়া শেমগৎলে, মীওইবগী মৈহো-রোন্দা ওম্মোকপা থৌরম কয়া চনখরে; তৌইগুম্বসুং থবক্কী ঈচেন অসিদি লেপ্পা নাইদে, পোথ'বা লৈতে। মীওইবা নত্তনা ঈশ্বরনা শেম্বিরম্নবা তেংবানবা অসিদা তৌগদবা থবক্তা মাই ওম্মোকপা উদে।

তৌইগুম্বসুং ছাত্রশিংগী তৌগদবা থবক্তি করিনো? ঐখোইনা খংঙি অঙাং, পাখং, অহল পুম্নমক্কী পুনশি অসি থবক্তা শাথৎপা ঙাক্তনি। থবক হেক লোইবগা ঙাইবংগীগী মীওইবসু লোই। মীওইনা পল্লবদা তৌগদবা থবক্কী করি রাৎফম লৈবগে? তৌইগুম্বসুং মাসি ফাগিজ্জগাই তৌনফমদি খোক্তে। অসিগুম্বা পাউথুম করিগুম্বা তারবদি ঐখোইনা পুকনিং অরাবগা লোঙ্গনবা হাঙ্গনিংঙি হোৎবী অমা নাইবা ওবা গুরু অমগী মনাক্তা থম্মুনা লৈরিবা মী অতুগীদি

তোগদবা থবক্কী মমিংমখে তাবগীদি করি অমুক ৱাংপা লৈরমগনি ? মাহুক ডাকপা ডম্বা, ঙমদবদি ৱা অমনি। মরম অসিনা অমদি লাইরিক অসি পারগস্সু মাহুগী মরমদা ৱামনা লৌশং তাবগু য়াই হাঙ্গইনা খন্দুনা মাসি ইহুনা অহুক ৱারেং অসি শাংদোকহল্লরোই।

অডুং ওইরিঙেগী মতম অসি, তোগদবা থবক্কা মাইওন-শিনবা, নোম্বা অমসুং অতনবা থাদোকপা তম্নবগী অথোইবা মতম্নি। অডোংগী পুকচেল অসি অরুবা মিংশেনগুম্বনি। মহাক্কী মমাংদা তারববা পোৎ পুন্নমক মাহুদা হেক্তা মমি তাই। অডোংগী থম্মোইদি ফত্তবা ৱাখল অমতসু পক্লি; মতম অহুদদি মাখোইগী থমোই অদু অচুম্বা খংনবগীদমক্তা হৈনিংহুনা লৈ। মতম অসিদা নোম্বনা মরূ অসি হুলহৌত্রবদি তুংদা মাদু পোক্লক্কনি হাঙ্গইবা নিংফম লৈত্রে। মতিকচানা লৈমনবতদা হকচাং অমসুং পুক্লিংগী মপুংফানা চাওখৎপা ফংবা ঙম্মে। মাহুদা পুক্লিংচংনা নোমহুনা, অতনবা থাদোকহুনা হোৎনরবতদা মাহুগী লেনবা থোকই। ৱাহৈদগী থবক্কী মহৈনা খোইনা তুংকোইনৈ। থবক্কা পুনশিগী অফবা অচৌবা পুন্নমক চাওখৎলি। মরম অহুনা ঐখোইনা অফবনি অচুম্বনি হাঙ্গইনা নিংবা অদু নোম্বকনবা, উইনকনবগা লোইননা থবক্তা পানশিন্নবা হোৎনবা হোনৈ। হন্দুনা মতম লেনবগা মান্নমা মুংঙাইতবা করি লৈবগে ? মতম লেনবদা ৱাবদি থবক লৈতবা মীগীনি। মরমদি মুংঙাইবা হাঙ্গইবা অসি থবকপাম্বা অমসুং থবক্কী মহৈনি। নোম্বা নত্তনা নিংবা থুংনা মুংঙাইবা অমসুং চাওখৎপা ঙমদে। তেংবানবদা তৌরিবা ওইথোক্লবা, মীনা ঙম্বা হৌনত্রবা থবক পুন্নমক অসি নোম্বগী মহৈ ঙাক্তনি। তেংবানবনা মখোইগী মমিং পনবনা শেংনরিবা অচৌবা মীশিংগী ৱারী পারবদি খংবা ঙমগনি, মাখোইনা মাখোইগী খুৎম অহু

য়েৌনবা হোৎনবদা কয়া নোম্বা তাখিবা! থবক্তা মাই ওন্থে কপা মাশিং অদুগী থবকনা করম্না মচুতাবা অমসুং মীথোই মাহেনবা য়াগনি? মাথোইতনা হন্না হন্না নিংবা কাইহনা খোংকম খোংফম খুদিংদা হকাইবা অমসুং অরাবা ফংঙি! ঐখোইগী মাসি লৈতবনা ঐর্থোইনা করিগুম্বা অচৌবা থবক অমতা ওৌবা ঙমদ্রে।

লাইরনবা, নংননবা, রাননবা মরুবু অতনবনি। মাসি থমোইগী লেরাংদা তোংবা তানগুম্বন। তানচারবা লৈনা মথং মথং চিকথৎতুনা কেনথিবগুমনা অতনবনা হেক তোংখবদা থমোইস্তু অসুম লৈখা তাখি। অওইবমক অতনবা মীগী থমোই অসি ভুতপ্রেত পুম্নমক্কী য়াকাবুংনি। মাদু মহৌশানা কত্তফত্তবা নত্ত নক্রবা রাখন পুম্নমক্কী তুংনফমনি। মাসি চাওখৎপগী লম্বাদা পনগী মশকনি। ঈশ্বরনা নঙোন্দা উননবগী অমসুং উদুনা চাওখৎপা অপুম্বগী মপু ওইবা য়ানবা মিৎ পীবিরম্মী; তোইগুম্বসুং নংনা নমিৎ অদুদা উযুল চাইশিন্দুনা মিত্তাংবা ওইদুনা লৈরবদি করম্না মাদুদগী চাওখৎপা ফংগনি? ঈশ্বরনা নঙোন্দা তাননবা অমসুং তাদুনা হৈহৌ শিংহৌনবা নাকোং পীনবিরম্মি; নংনা মাদুদা য়োৎশিঙোৎ থিংজিন্দুনা নাপংবা শাদুনা লৈরে; করম্না তাবদগী নংগী চাওখৎফম লৈরে? ঈশ্বরনা নঙোন্দা খোং খুৎনচিংবা থবক ওম্বা ইন্দ্রি পুম্নমক পীবিরনা নমান্নবগী মকোকথোংবা মানবা শেম্বিরম্মি; তোইগুম্বসুং নংনা মাখোই পুম্নমক্কা শীজিন্নবা তোকতুনা গৈবোং মথা হিপতুনা লৈরবদি অমসুং অতনবগী ময়াইনা মথোং অনি শানবা শা ওইরবদি নংগী করি চাওখৎফম লৈরিবগে?

অসুম্না থমোইদা অতনবগী মমিনা হেক তারবদা মী অদু লাইরগদবা, নংগদবা, রাগদবা নক্রে হাঙ্গনা থংবদা লনফম লৌতে। মাসি হাঙ্গৈরুরগা এঙাং এচাশিংগী লাইরিক্তা য়াওবা

হায়ী অমা নিংশিংঙকই। মতম অমদা ইবাক-কৈয়াক খুনবা লৌউনা মুপা অমগী নবীন কৌবা মচানুপা অমা লৈরম্মী। মপানা শিখ্রবদা মবীয়া মহাক্কী মপাল মাইত্রবা লনথুম অপুম্বগী মপু ওইরে। মপাগী কৃপানা মহাক্কী লনথুম মহৈমশিংনচিংব য়াৎপা লৈত্রবস্থ মহাক্কী অচৌবা দোষ অমা লৈরম্মী—মডুদি অতনববনি। মহাক্কী থবক্তা খুৎ থিংজিন্নিংদবা অসিমক্তনা মরম ওইদুনা মবৈথংদদি মহাক্কী মপুক থম্না চানবা য়োনা কংঙক্লে। মচু উবদা নোংমা মহাক্কী মরুপ অমনা হাঙ্গৈখি "নবীন! নং অসুম তৌরবদি মাংলগনি। ঐ য়াম্না নুংখ্রবা য়া অমা তাকপিগে; নং নিত্তিগী অয়ুক ঙস্তা নংগী ইংথোলগী অকোঙ্গবা অসিদা করিগুম্বা অঙৌবা নত্রগা বাপু মানবা উচেক উত্রা য়েংউ মাছুদা কংদ্রগা নংগী লৌবুক্তা কুমহুনা মাডুদা ইহান শানবদা তাবা উচেক অমতং শাৎনবা থৌরাং তৌ; অদু এইরবাদ নংগী কৈ অসি সনা নত্রগা নুপানা থলহনবা য়াগনি।" পাম্বৈ লৈত্রবা নবীন্না মপুক্লিংদা আশা য়ামনা তৌদুনা মতুংগী নুমিত্তা মাডুমক তৌরে। অহানবা ইংথোল হেক কোঙ্গরকপদা উরে, খংদবা মী অমনা মহাক্কী কোক্তা ফৌ হুদুনা চেল্লি; তৌইগুম্বম্বৎ মহাক্কী কাম্নদনা নোঙ্গরবা, মশা তনবদগী শোল্লবা অডুনা মহাকপু ফাবা ঙমদ্রে। মাছুদস্থ মহাক্কী শিংলম্বদগী অতনবনা ফকচিল্লবা লৌশিং অডুনা মাহাক্কী অনংবগী মরম খংবা ঙমদডুনা লৌবুকতাম্নবা চেন্থখে। মফম অডুদস্থ লৌরোম্নবশিংনা ফৌবৈদগী ফৌ হুবনচিংবা উরুরগা মাহাক্কী মরুপকী য়া অডুদগী অর্থ মাহাক্না খংলে। অমুক অতনবগী মুংশিংনা মশাদা য়ৈবদা মাহাক্কী অতনবা পুম্নমক কোকখি। অমসুং মমাম্নবা অতৈনা পুক্লিং তুম্মুং হরাওনা কোলোই লাউনা শক্তুনা মাগী মাগী মশিন শূনবা উডুনা মপুক্লিংদা ইকাই মুংশি য়াম্নরে। মাছুদগী অতংপা লৈতনা মোম্বনা মতম খরগী মমুংদা মাহাক্কী হায়গী

যুৱাল অচু হঙ্গিনবা চমখি। মাসি কুক্লাক য়ারীগি হাঙ্গৈবদি চুপ্মি; তোইগুম্বসু মাসিদগী অতনবনা করম্না পুক্লিং হকচাংবু মাংহনবগে হাঙ্গৈবা অংগো মত্তনবা তেক পক্লবদা মী অচু খোইদনা লাঙ্গৈরব অনংবা মফংলে হাঙ্গৈবা অচু খংবা য়াগনি।

অমরোমদা নোম্বা হাঙ্গৈবা অসি নুঙাই-য়াইফবা অপূম্বগী পোক্লকপ্লি লৈবাক্কী লৈহাও কাবগী পাঙ্গল লৈ হাঙ্গৈদুনসু খোইদবা য়াদে, খোইদুনা মরু হুন্দবা য়াদে, পান্দী খাওদবা য়াদে; পাওদুনা য়ৈদবা য়াদে; মাদুত্তদা মরু ফংগদবনি। পাম্বীদা ফি ওইনা পান্দে; লশিং হেক্কদবনি; হেক্কুনা নাইগদবনি; নাইদুনা মেত্তুনা মতুংদা শেংন-ইম্নবা ফি শাগদবনি; মাদুত্তদা ঐখোইনা ফি ফংডি। অসিনচিংবা, অসিনচিংবা। মীনা নুঙাই-য়াইফব চাওথংপা খুভম ফংবদি মাহাক মাহাক্কী নোম্বগী চাং অদুগী মতুংইবনি মপুন্না লৈবাক অসিদদি মীচংমীথাই নাইবগী থবক লৈতে; মাহাক মাহাক্না হুনবা মরূ অদুগী পাম্বী শোঙ্গৈদনা হৌগদবনি তেংবাননবদা নুংঙাইরে য়াইফবে হাঙ্গৈরিবা অচু নোম্বা কল্লি, মমল নাইত্রবা মতম ওন্দুনা অরেম্বদা মাংহন্দে হাঙ্গৈবনি। অওইংমক নোম্বনা লাইবক ফবগী অপোকপনি, অতনবনা মাদুবু মাংহনবনি। অসুম্না নোম্বা নত্তনা করিমত্তা কংফম লৈতে হাঙ্গৈদুনসু নোম্বা হাঙ্গৈবা অসি নুঙাইবগী থবক ওইহল্লি হাঙ্গৈবা খম্নুবগা পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকই। থবক লৈতবগা মাম্লনা য়াবা অমা তেংবাম্বদা লৈতে—মী অচু অঙাওবগা পান্দম ওই, লৈনকম খংদে, হাঙ্গৈনকম লৈতে। মত্তিকচান নোম্লগতা ভূম্বা নুংঙাই, চাবা হাত্তই। অদুগা লাইনা পীরক্কনদি নোম্বঙাক্কনসু চংনদে হাঙ্গৈনা বিংবদু চুমদে। "চাও-থংপা হাঙ্গৈবা অসি নোম্বগী মনাগী মশক্নি। নংগী লৌশিংনা শিংলবসু নোমদুনা মাদু চাউখংহনগদবনি। অদুগুম্বা লৌশিং লৈত্রবসু নোমদুনা নংগী অম্নাংপা মেমশিনগদবনি। মরমচানা নোম্লবদা ফংদবা লৈতে"।

অঙাং ওইরিবৈদগী মতিকচানা নেংঙ্গ ভমগদবনি। ফক্তবা সঙ্গ, অয়াম্বা পাপকী থবক্তগী মশাবু ব৫গ হাঙ্গিরবদি থবক্তা মাই ওনশিনবা নত্তনা পাঙ্ম লৈতে, অওনবা হাঙ্গিবা অসি, হুরানবা চংনবা ময়ুমগী থো' হাংদোক্তু, মঙ্গুঙ্গনি। ঙ্গচেল লৈতবা ঙ্গশিংদা অয়াম্বা তীল কাং পোক্তুন, ঙ্গ শং মাংবগুম্না অতনবা পুক্লিংদসু নৎনত্তবা রাশল পোক্তুনা মাডুবু মাংহল্লি। নোম্বদা ঙ্গকাই থুম্লবনিংবা মশিং হাঙ্গিনা নংবস্থ অরানবনি। মশানা মশাগী থবক পাংথোক্লব হোৎনবদা কবি ঙ্গকাইফম লৈবগে? বিলাতকী মমিং চৎলবা মন্ত্রী গ্লাডষ্টোন্না মশানা উ য়াল্ল। পাক চাউরবা বষ লৈবাক্তা নিংথৌরেন পিটরন মশানা লৌ খোই। মামং চৎলবা জনক নিংথৌনা লৌ খোইবদগী সীতাবু ফংখ। বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিনগী রাদি থুইস্‌ তাররিগনি।— মশানা কৈথেন কাই, মশানা ছাপাগী চে গাড়াদা হাপ্পুনা চিংভি। মাহাক্না অনবা ইমুংদা পোক্তুনস্থ নোম্বা অমস্থুং উইন কনবগী পাম্বিনা মপান্নাইদ্রবা লল অমস্থুং ঙ্গকাইথুম্লবা অপুম্বগী মপু ওইবি। মাহাক্না মাগী চাওথৎপগী মরমদা হংদনা থুমখি "মুংঙাই-মাইফংদি নিংবগী মথা পেনবনি। শেল তানবগী লম্বীদি কৈথেল কানবা লম্বীগুম্না অবাইবন; মতম অমস্থুং লনবু অরেম্বদা মাংহন্দ্রগা লোইরে।" "ঙ্গশ্বরনা এথোইদা অস্তুম্না শাংলবা খুৎ পীনবিরম্মি, মাডুনা তিংথোক্লবদি সোরারেন ফাওবা লাম্বা ফংগে।" এথোইনা হাঙ্গিনিংঙ সোরারেনমক লাম্বা কংদ্রবস্থ খুৎমথৈতদি তিংথোকপনা চুম্মি।

— —

## নিংবা কাঙ্গৈগম্সু, হন্না হন্না হোৎনৌ।

উইন কনবগী অথ কৰিনো ?—কৰিগুম্বা থবক অমা হন্না হন্না ঙংদ্রম্সু নিংবা কাঙ্গৈদনা হোৎনবা। ত্তেংবানবদা চাউ-থৎপগী লম্বা অসি য়েরুক্তিংগংনা থল্লি; মফম মফম খুদিংদা খুদি থীফম ঙাক্তা ঙাই। মরম অদুনা নোম্বগা উইন কনবগা লোঙ্গৈদবা য়াদে, অহানবদা খুদোংথীবা হেক নংবগ নিংবা থাদোক্লবদি থবক্কী মতৈ ফংবা মুই। অহানবা খুদোংথীবগা কিদুনা হল্লবদি চাওখৎপগী লমথুং য়োবা ঙম্মৈ। উইন কন্দবা হাঙ্গৈবদি পুক্লিং লেপ্পবা অইনবা লৈতবা হাঙ্গৈবা য়াই। মরমদ পুক্লিংনা লেপত্রবদা, অইনবনা লৈত্রবদা উইন কনবস্সু লৈবা ঙমদে। মীওইবা পুন্নমক্কীমক মাহাক মাহাক্কী অপাম্বা অমমম লৈ; মাহাক্না মাদুগীদমক চৎলি, কোঙ্গৈরি, নোকই, কপই। ইনাকখুনবা লাইরবা নত্রগা সিংহাসন্দা ফল্লিবা নিংথৌ ভিক্ষাগী বুল য়ান্দুনা চৎলিবা চাক্লিনা পুন্নমক অসিগীমক মাখোই মাখোইগী অপাম্বা অমমমদ ইরৈলৈ। বুদ্ধ, খৃষ্ট, চৈতন্য, ভাগ্যচন্দ্র অসিনচংবা অচৌবশিংগী মপুনশিদা মাহাক মাহাক্কী অকক্লবা অপাম্বা অমগীদমক অত্তৎপা লৈতনা হোৎনাখিবা অদুগুম্না মীনা মাহাকপু থংবিদ্রবা, মীন হাঙ্গৈদুনবু শীংথানবিদ্রবা মী পুন্নক্কীস্সু মাখোই মাখোইগী অপাম্বা অমমম লৈবা ঙাক্কুনি; মাহাক্না মাদু ফংনবগীদমক্তা নোম্মিবনি। অসুমনা মাহাককী অপাম্বা নাইদবা মী তেংবানবদা লৈতে। লৈরম্নবস্সু মাগী মতৌ অত্ত থোইনা পাম্নরুফম লৈতে হাঙ্গৈনা নিংঙি। মাদু ফংনবা হোৎনবা অসি জৈবগী ধর্ম্মনি। মাদু ফংনবা হোৎনবদা অহানবা খুদথীবা হেক নংবগা হোৎনবা থাদোকলবদ মাদু পুকচেন লেপ্পবা নত্রগা উইন কন্দবা হাঙ্গৈবা য়াই। তৌইগুম্বসুং

মমাংদনা হাঙৈখ্রে উইমকনবগা লোইনত্রবগি মোম্বা-ভাকনস্থ থবক্কা মহৈ কংবা লুই, পুনশিদা অপাম্বা অহু য়োবা গুমদে হৌজিক্তি হাঙ্গৈরো উইনকনবা কদাইবু কৌবগে?

নংনা তেংবানবগী চাওথংপগী লম্বীদা চংলকপদা মমাংদা করিগুম্বা য়ৈথাইবগী পন অমা হেক উবগা কিত্তুনা হল্লবদি ঐখোইনা নংবু থাগংপা ওম্মোই; নংবু পাংদবনি হাঙ্গৈতুনা খোওইরোইদবতনি। তৌইগুম্বসুং নংনা মাদু কিনহুনা লান-খোক্লবা হোংনরবদি নংবু উইনকনবনি হাঙ্গৈতুনা ঐখোইনা থাগংনিংই। নংনা থবক্কা চাংজাওদা কাখংপদা অহানবা থুদি হেক থীবগা হল্লব'দ ঐখোইনা মাদু অশিংবনি হাঙ্গৈনিংদে; মাহুদি নংগী অয়ম্বা উৎপতনি। তেইগুম্বসুং নংনা মাত্র থৌশা-দতুনা কাখংলবদি নহাক উইনকনবা অথোবা মৌনি। চৌংখোংদা লেপ্তুনা ঙৈরগা করমনা চাংদোন য়োগনি? নংনা থবক্কী ঈপাক্তা চোংথরগা অগানবা ঈশিং য়াউম অমতং হেক থকপদা চোংখংলব'দ মাদু উইনকনবা কৌদে; নংগী হোংনবা রাংপনি। নংনা মাত্র থৌশাদতুনা অমুক্কা মখোং-নখুৎ তিংথোক্তুনা হোংন-রব'দ মাদু উইন কনবনি। অরাবা নংদনদি সুংঙাইবা কংদে। অসুম্না হন্নাহন্না মাইথবা, খুদোংথীবা নংলবসু হোংনরবদি থবক্কী মহৈ চাই। খোং চোংলগা চিল চোংলি। তেংবানবদা মহৈ হৈরে, সুংঙাইরে, য়াইকরে হাঙ্গৈরিবা অমদি পৃথিবী অপুম্বদা মমিং চংলিবা মী পুম্নমক অসি মাহাক মাহাক্কী লোম্বা কনবগী মহৈনদি হাঙ্গৈরগা মাখোইনা মাহাক মাহাক্কী খুত্তম অহু য়োনবা হোংনবদা কয়া কয়া অরাবা খুদোংথিবা নংথিবা হাঙ্গৈবা অহু মাখোইগী জীবনচারত পারবদি খংবা ঙমগনি। রামনা সুংঙাইবা লৈতে

তেংবানবা অসিদা থবক ওম্বা মতিক মগুণ পুম্নমক্কা লোঙ্গৈনবা পোক্লকপদি অতাংবনি। ফ্রাঙ্কলিনগী রা অহু অমুক্কা বিংশিংউ।

—মংগী থবক ওম্বা মুদ্রি-লৌশিং মত্রগা মতিক-মগুণ লৈত্রবদি মোমন্থনা মান্থু ফংনবা হোৎনগদবনি ; লৈয়বস্থু হোৎনন্থনা মান্থু চাওখৎনবা লাক্লগদবনি। পৃথিবী অসিদা হৈন্থনা পোক্লকপা কনাস্থু য়াওদে। অয়াম্বনা, লাইবা ওম্বনি, অমুক য়েংঙুরে, ওমত্রবদি করম তৌগনি হাঙ্গৈন্থনা থবক্লা অহানবা হেক শোঙ্গৈবদা নিংবা থাদোকই ; তৌইওম্বস্থুং মান্থু চুমদে। মাখোইনা হোৎন-ন্থনা থবক পাংবা লৈতে, অতুম্বা নোংশাগী ময়াদা শক্তিনা চেনশিন্নকপা লৈতে, হাঙ্গৈবা থংলবদি থবক অহানবা হেক শোঙ্গৈবদা অমুক্কা হন্না লাক্লরমগদবনি। মাখোইনা গ্রীস লৈবাক্কী মমিং চৎলবা ডিমস্থিনিসগুম্বা বক্তামকস্থু নত্তে। ওইরিবৈদা মরৈ লোয়ন্মি, হিরম অমত্তা পুং অনিশুনা মপুক্তা থম্বা ওম্মমদে, মুং মতুম উমন্থনা নারক্তা লাউনা তাবা হোৎনত্রবমথৈ মী মতোদা তানা য়া ভাংবা ওম্মমদে হাঙ্গৈবা থংনম্নবদি হন্না হন্না ওমত্রবস্থু মাখোইনা নিংবা কাঙ্গৈয়োইদবনি। মাখোইনা স্কটলণ্ডগী মতিকমগুণ চাউরবা নিংথৌ রবার্ট ব্রুসমকস্থু থবক্ক লমদা অচম্বা মীগী মতৌ ওম্বা তাখি, তরুকলক মাইথীরবদা হন্দবনা মমৈদা কম্থোয়রবা ফিরিঙ্গী লানমীবু ওমাথ হায়বা অসি তরম্নবদি হোৎনয়বদা থবকনা ওমদবা লৈতে হাঙ্গৈবা থংলমগদবনি। মাখোইনা থবক হাঙ্গৈবা অসি নিংবগা হেক লোইবা য়াদে, য়োম হাঙ্গৈবা অসি নোংমদা শেম্বা নত্তে, মতম কুইনা নিংবা কাঙ্গৈদনা হোৎনরগা থবক্কা নিংবা থুংবা মহৈ ফংবয়াই, ভাগ্যচন্দ্রনা নিংবা থাদোক্তুনা তেথাওদা অতুমক লৈখোক্লবদি মণিপুরগী ইতিহাস অসি তোঙানবা মওং অমা ওইথরমগদবনি হাঙ্গৈবা থংলবদি, মাখোইগী থবকনা লোইদনা তোকপা তৌয়োইদবনি।

---

## মীগী মপান তাংবা তমগনু।

ঐখোইগী লৈবাক অসিদা থাইনদগী "মরাইবক্কা তন্ন" হাঙ্গিবা য়াহৈ অমা চৎনরক্লে। অতল্লন্নমা লুনা তোনরকলবা য়া'হনি; 'খোইনা মাসিবু ইকাই খুম্নব' ওমদে। লমথুংনাইত্রবা তেংবানবা অসিদা মরম তরা থেক্লা চংয়েংলুরগা নিংবা হেক থুংডক্তবদা অশিংবনি গঙ্গীদুনা মী অমনা মথাগী মী অমদা পাওতাক পী "মরাইবকনবু তমদ্রবদি নোম্বঙাকনস্থ চৎনদে।" অচুম্বা য়াহৈনি; মরম চাদ্রবদি নোম্বঙাকনস্থ পুক্লিংনা নিবা থুংনা মহৈ চাবা ওমদে। মরাইবক্কা থীরবদি চপমান্নবা নোমজুনস্থ থবক্কী মহৈ খেহৈ। মাসি ফনা চুমদুনস্থ হৌজিক্তি অয়ম্বা অমস্নং অতনবগী থবক্কি হাঙ্গীদুনা মাসিদা তাথীরা ঙাংনরক্লে। মাসি ঙাংনরিবা লমহেনবা নহারোল অসিগী মরাস্থ ঐখোইনা খোশাদবা ওমদে। অহানবদা অহল্লমনগী পাউতাক অদু থাজরম্মী, ইকাইখুম্নরম্মী, লুনা তোনরম্মী, নহারোনগী মরা অদু থোওইনা তোরমদে, নাচুংওমদে। তৌইগুম্বস্নং সংসার অসিদা থবক্কী লমদা অস্থম চংশিল্লক্লগা উরুদুনা অমস্নং তারুদুনা নহারোনগী মরা অসিগী অওইবা খংলে। অচুম্বা অমা লৈ "তুমদুনা লৈবা নোংশাগী মরাদা শক্তিনা খক চংলকওই।" নোংশানা শক্তি চাগে হাঙ্গীরবদি শক্তিগী অয়াংবা মখোং অদু ফংনবা তাব্বা য়াদে। অওইবমক তেংবানবা অসিদা চাওখৎকে, স্থংঙাইগে, য়াইফগে হাঙ্গীরবদি মীঙাক্তা ঙাইদুনা লৈবস্থ য়াদে। লাইবক্কা অফবা তন্বিবদি হোৎনবা কনবা মীতদনি। "মশাগী মতেং পাংজবা মী অদুবুদি ঈশ্বরনস্থ মতেং পাংবি। চাংজো নাইত্রবা তেংবানবগী ঈপাক্তা অশিবগী নাওং ওইনা খোংথুৎ তিংথোক্তবা

কোবী শীংনাং তাউবগুম্না তাওথবা অমদি মতুংদা লাইবক্না তম্বা মফম অমদা থেংঙুবদা য়া অমনি।

মীগী মপান্তাংবা হাঙ্বীবা অসি তেংবানবগী হৌনবীসু নত্তে। ...সি মপুগী নিয়ম কাঙ্বীবা মচৎনি। ঈশ্বরনা মীওইবদা হকচাং অমস্তং পুক্নিংগী পাঙ্গল পীবিরমদুনা চাওখৎপা অপুম্বগী মপু ওইহল্লি। মাদু শীজিন্নবা য়াবুনা মাংহন্নবদি শোন্থিবা নত্তে। নংগী নখোং পাল্লি, হৈরবদি নখোং অদুনা লাইরৈবাক য়ৌনা কাবা ঙমগনি; নংগী নখুৎ পাল্লি, হৈজরবদি নখুৎ অদুনা গুরুগী ফানখোং ফাওবা লাম্বা ফংবা য়াই। নংগী অথৌবা ...মিং পাল্লি; নংনা হৈজরবদি য়েংদুনা নু ঙাইবা কয়া ফংবা য়াই, অমস্তং য়েংদুনা চাওখৎপা কয়াসু ফংবা য়াই! নংগী অশিংবা ...াকোং অদুবু নংনা য়োৎশিংঙোৎ থিংজিন্দুনা পংহল্লবদি তেংবানবদা নুঙাইরু য়াইফরু হাঙ্বীদুনা থাবিরক্লিবা মপুগী ...ীনবা কঙ্বীবা নিয়ম নত্তুনা করি ওইফম লৈবগে? য়েংউ ...গীজিক্তা পোকপা মন্নাউনা মতৌ করম্না চংপা হৈনবা লাক্লিবা, কয়া ধুনা লেপ্পুনা মমাগী মমাংদা হরাওনা চোংদুনা জগোই ...ারিবা! অঙাংনচানা চৎপা তম্বা হোৎনবা অসি য়েংউ, মাহাক্না ...াদু তম্বদা কয়া তুরিবা! মাদুতদা মাহাক্না চংপা হৈরকই। মমানা তম্বিবা "হৈনা হৈনা" হাঙ্বীবা অদুনদি মাহাক্না চংপা চম্বগী মরমদা থোইনা কান্নবা থংদে। মরম অদুনা হাঙ্বীরিবা অসিনি তেংবানবদা নুঙাই-য়াইফবা খুভম ফংগে হায়রবদি পাঙ্গল শীজিন্নৌ। হকচাংগী ইন্দ্রি পুম্নমক মাগী মাগী হৌনবা তুংইন্না শীজিন্নৌ। য়াদনা নুঙাইবা লৈতে। ঈয়োইবা হৈগে ...াঙ্বীরবদি কিগনু হান্না ঈশিংদা চোংথৌ; মীনা তাকপদি ...ংগী লৌশিং ওইনবতনি। নশানা লাক্নৌ, হৈগনি।

অঙাং ওইরিঙৈদেগীনা মীগী মপান্তাংবা থাদোকপা তম্মু। ...সি লাইবক ফনবা নুংঙাই-য়াইফনবগী থোংনি। মীগী মপান

তাংবনদি মশাগী চাওখৎপা ফংবা ঙমদে। মশাগী মপাঙ্গল শীজিন্নদ্র বদি মশাগী মপাঙ্গল চাওথোকপা ঙমদে। মীগী মপান্দগী চাওখৎপদি লুপা য়াওদবা শেঙ্গাওগুম্বনি। থবক্কী লমদা মাতুনা থোইন কান্নরদে লক্ষ্মী অমসুং সরস্বতীন। মীগী মপান তাংবা হৈত্রবা নোম্বা কনবা মীদা কাইদোংফন ওই। নোনতুনা খুৎ অমসুং রাখন খন্নবা পুক্নিং লৈরিবা মীশিংনা তন্দুনা ফমতুনা লৈব অমসুং মশানা তানবা ঙম্বা শেংনচানবর্গা য়োনা মীগী মমাই য়েংদুনা লৈবদি ফনা ইকাইবগী মশক্নি। মীগী মপান্তাংবদি মশাগী ইকাইখুম্নবা লেত্রবা অতোনবা মীগী থবাক্ন। মাহাক্না অমরোমদা ফনা চাওখৎপা লৈতুনসু মাহাক্কী মরাইবক্তা মবু ডো অদুগী মমিং ইবদ মুথৎপা য়ারোই। মাহাক্তি মীগী মমিং মথা তম্বা হাঙ্গৈবা অঙ কদাইবু কৌংগে হাঙ্গৈবা খংবা ঙমদে। মাহাক্তি মমিৎ পান্দূনসু মীগী মমিৎনা য়েংনিাঙ, মনা পান্দুনসু মীগী নাকোংনা তাবা পাম্মি। মশানা মশাবু থাজদ্রবদা করম্না চাওখৎপা ঙমগনি? পৃথিবী অসিদা অচৌবা মমংচৎপ মা পুন্নমক্কী রারা পারবদি মাসি মুন্ন খংবা ঙমগনি সেকেগুরনা মীগী মরুপশিংদা হাঙ্গীখিবা অমা লে "ঐনা ইপাগী বিষয় পুন্নমক অসি ফংলবসু ইশানবু হোৎনদ্রবদি করি কান্নবা লৈবগে"? মাসি সেকেগুরগী মতিক চাবা রাইনি। মাত্ন-মক্না পাক্লবা পৃথিবী অসিদা হৌজিক ফাউবা মমিং মুক্তনা লৈরিবা অসিনি।

তৌইগুম্বসুং মাসি হাঙ্গৈ হাঙ্গৈদুনসু মীগী মপান তাংদবা য়াদবসু লৈ; মাতুদি মরম অমরোমদনি। মশাগী মপাঙ্গল মশাগী রাখনগী চাংসু খংদবা য়াদে। অঙাংনা মমাগী মখুৎ পাইতুনা চৎপা তম্মি। ছাত্রনা ওঝাগী মনাক্তা অফবা পাওতাক লৌই। ধর্ম্মচেনবা মীনা মাগী গুরুদগী ধর্ম্মগী মন্ত্র লৌই।

মরম অদুনা চাওখৎপা পাম্বা অঙাংশিংনা মমা মপা অমস্তুং মরুপমপাংগী অফবা পাওতাক থোশাদবা চুমদে। মাদুগী মতুং ইন্না হোৎনদবা লাল্লি হাঙ্গৈবতনি।

---

## অফবা সঙ্গ তিল্লু।

লাইরিক্তা হাঙ্গৈবা অমা লে "সংসারগী মশক ওইরবা হুপাম্বী অসিদা অমৃতগা মান্নবা মহৈ অনথক য়াল্লি।—নুংঙাইবা ৱারেংপাবা, অফবা মীগা ৱান্নাশাবা"; মাসি চূন্নগী ৱাহৈ নত্তে। মাদুগী মরম নিংথিনা খংলবা মী পুন্নক্নীদি য়াম্না চুম্নবা ৱাহৈনি। মরমদি নাইতোম লৈবা অসি জীবশিংগী মরমদা নুংঙাইবা থবক নত্তে; মাখোইগী হোনবীস্তু নত্তে। শা, উচেক, তীল, কোজেং পুন্নমক শঙ্গু শঙ্গু চৎপা উই; মীওইবস্তু জীবনি; মাগী মরুপ মপাংগা তিন্নদুনা চামিন থকমিন্নবা হরাওকুম্মে তৌবা পাম্মি; বিষয়া থাদোক্তুনা লাই নিংথবা মীশিং অদুগীদি ৱা অমনি। অশোংবা নারক মী তাদ্রবা লমদা মাখোইগী নুঙাইফম ওইবস্তু য়াই। মাখোইগী ৱাদি ঐখোইগী থেল্লবা লৌশিংনা লাম্বা ফংবা পোং নত্তে; মরমদি নুংঙাইবা নত্তনা মাখোইগী অৱাবা হাঙ্গৈবা লৈতে। তৌইগুম্বস্তুং ঐখোই সংসারদা লৈরিবা মীদি নাইতোম লৈবা পামদে; লৈবস্তু য়াদে। তিন্নবা লৈমিন্ননদুনা অমগা অমগা ৱারী-ৱাতাই শানৈ অমনা অমগী মতৌ তম্নে; অস্তুম্না অমনা অমগী মতৌ তম্নদুনা লৌশিং পোক্নে অমস্তুং মাগী মাগী চৎকদবা লীচৎ অদু শেমগৎনৈ। মতম কুইনা মী অমগা তোৎনদুনা লৈন্নবদি ঐখোইনা মী অদুগী শাজৎ, লীচৎ, লমচৎনচিংবা মতৌ তম্নদবা ঙমদে।

অমুক মীগী মতৌতম্বা হাঙ্গৈবা অসিসু মীওইবগী মহৌশাগী ধর্ম্ম অমনি। মীনা মাসি থাদোকপা ঙমদে থাদোকপসু চুমদে। মাসিনা মীওইবগী ‘তম্বা’ হাঙ্গৈবা অহুনি; মাসিনা মীওইবগী চাওখৎপগী লম্বীনি।

থাইনগী লাইরিক্তা হায়বা অমসু লৈ;—থাইনগী মুনি ঋষি-শিংগী আশ্রমদা হিংসা তৌবা জীবশিংসু মাগী স্বভাব থাদোক্তুনা নুংঙাইনা মতম লেপ্লি। কৈগা শজিগা মকোন অমতদা কুনমিন্নে; হৌদোংগা উ'চগা শান্নমিন্নে অসিনচিংবা। হৌজিক্কী মতম অসিদদি অয়াম্বনা মাসি ওইথোক্তবনি, রারানি নত্রগা লাইরিকলেংবা কবিশিং অদুগী রাথন্দগী পোকপা রাহৈগী লৈতেংনি হাঙ্গৈনা নিংবসু য়াই। তৌহৎপুম্নসুং মাসি চুম্বু চুম্নবসু নত্রগা লানবু লাল্লবসু মাসিদা থোইদোক্না চুম্নবা থংনফম অমা লৈরি। অমনা অমগী মতৌতম্বা হাঙ্গৈবা অসি জীবশিংগী নুংতোংদা পকখ্রবা মহৌশাগী মচৎনি, মাসি জীবনা থাদোকপা ঙমদে। অশেংবা অমসুং পুকচেল ফজবা মীগা তম্নবা তোৎনবগী ওইথোক্তবা পাঙ্গল অদু এখোইনা মাসিদগী থংবা ঙম্মি।

অমুম্না অফবা সঙ্গতিনবদগী ফত্তবা কয়ানা মীকোক থোংবা ঙমখিবা, অফবা কয়ানা মীরম লাইরম অনিমক মাংতুনা লৈখা তাখিবা অসি লাইরিক্তা অমসুং পুরনশিংগী নিতিগী থৌদোক খুদিংদা উবা ফংডি। কবি শাংগগী গুরু বাল্মীকি হাঙ্গৈবা অদু অহানবদা করি ওইরম্বগে? মাহাক্কী মমিংবু অহানবদা রত্নাকর দস্যু হাঙ্গৈনা খংনরম্মী। হূরানবা অমসুং মী হাত্নুনতা পাল্লম্মী। নোংমা পুকচেল শেংলবা সাধু থরগা তোৎনরুবদগী লৌশিং পোক্তুনা মমৈদা অফবা সঙ্গতিনখি অমসুং লাইরিক-লাইশু পাতুনা মমৈদা পৃথিবী অপূম্বনা ঈরাৎনরবা কবিগী থুভম ফংবা ঙমখি। ফত্রবা জগাই মাধাই মচিনমনাওনা

গৌরনিত্যাইগা তিন্নরবদগী হরিনাম কংত্রুনা লানথি। অসিনচিংবা খুদম কয়াস্থ লৈরি। অওইবমক অফবা সঙ্গগা পান্দমনিঙাই তেংবানবদা অমা লৈতে তৌলনা লৈগা তিন্নজবনা শ্রীগোবিন্দগী কোক্তা থোগন তৌবা ঙম্মি, উগা মরুপ ওইবনা অরুপ্পা য়োংপী ঈশিংদা ইরাঙ্গি লাঙ্গৈনা তাউই হাঙ্গৈবা অসি অচুম্বমক্নি

"অফবা সঙ্গ তিল্লু" হাঙ্গৈবা অসিগা মান্ননা কান্নবা পাউতাক অমা লৈত্রে হাঙ্গৈবা অসি অচুম্বমক্নি। অতৈ পুম্নমক অসিমাঙোন্দা তিল্লবা ঙাক্তনি। সঙ্গনবু ফত্রবদি অফবা পাউতাক পুম্নমক অসি মী অদুদা চংবা লৈতে। তিন্নবা সঙ্গনা ফত্রবদি মহৈ হৈত্রুনস্থ মহৈ অহনা লৈবাক্কী মাংনবা ওই; মপাঙ্গল কনদ্রুনস্থ মাত্রুনা লৈবাক মরাং হৌনবা ওই; শাগৈ অচৌবদা পোক্নুনা, মশক-মতৌ ফজত্রুনস্থ মাদু চিংথনবা ওই। পুম্নমক অসি, অফবা সঙ্গনা মরুনি। মহাক্কা লৌশিংগী অরংবা মঙাল উবদা অগানবদা মাত্রুনা নোংমা শোইদনা লৈবাক্কী অমম্বা কোক্লরগনি হাইনা নিংনরম্বা অঙাং কয়ানা ফত্তবা সঙ্গ তিল্লুবদগী মাংখিবা, মাহাক্কী থৌজাল, মীবু নুংশিহৈবা পুকচেল উবদা মাহাক্না নোংমা শোইদনা মনাকুংলবা খোংনাংপাম্বী গুম্না জীব কয়াগী চংনফম ওইরগনি হাঙ্গৈনা নিংনরম্বা কয়ানা মীহাৎপা। ঙম্বা নুংশি লৈত্রবা মী ওইখিবা অতুগা মাহাক্কী তৌবাঙম্বা মতিক মগুণ উবদা নোংমা মী পুম্নমক্কা থমোই হরাওবনা মবা ফন্নখ্রবা নত্রগা মাহাক্না হিংত্রুনা লৈরবদি নোংমা শোইদনা মী পুম্নমক্কী ঈরাৎনফম ওইররগনি হাঙ্গৈনা নিংনরম্বা, মাহাক্কী নোংথাংগী মশক ওইরবা মিৎয়েং অমতনা মিৎ চামবু লাকপা ঙম্বা, মাগাক্কী লৈতোল অমতনা মী চামগী থমোইগী ঈচেন্দা নিতিগী অনৌ অনৌবা ঈথক কাহনবা ঙম্বা, মী কয়ানা মরাইবক থীবদগী ফত্তবা সঙ্গদা হেক তারুবদা কান্নত্রবা কাম্খথাং ওইত্রুনা মাংখিবগী খুদম অসি অতাংবা নত্তে। মাসি থমোইগী লৈরাংদা তোংবা ফত্রবা ভাগগী মশক্নি। মহাক্না থম্মোইগী ফত্তবা

নিংথিবা ৱাথন পুন্নমক মথং মথং চিকথৎতুনা মী অতুবু লৈথা তাহল্লি। তৌইগুম্বস্‌ং ঐখোইনা ৱাবদি—মীওইবগী থৌৱবা লৌশিং অসিনা, পাপকী থবক্তি হাঙ্গীনা নিংবা অতু উরগা অহানবদা তুক্কচৈ, পাপকী ফত্ত্ৰবা অথীবা শকফম উরগা অহানবদা খংহুনা থাপনা হন্দোকই। অতুগা ফত্তবা সঙ্গনা পাপকী লম্বীদা মথংমথং চিংশিনবা, মহৌশাগী ঐগী লৈজরিবা অফবা ৱাথন নিংথিবা পুকচেল পুন্নমক মথংমথং উনা খংনা হূহনা পুথিবা উরগদি থমোইদা করি অমত্তা অৱাবা পোক্তে; অমস্তুং মাতু উরগা চেকশিন্না মাতু ককথৎনবা হোৎনবা ঙমদে। মাতুগা লোঙ্গনহুনা হারাওনা নোকই, চো ঙি, পাম্বোম তিং-খোক্তুনা জগোই শাই। তৌইগুম্বস্তুং মাতু য়ৌরকলবদি ঐখোইনা খংঙ মী অতু লৈখা তাগদবা লাপত্রে। মতম অতুদা ঐখোইনা পাউতাক পীনিংই “অহল্লমন্না হাঙ্গীবা ইল্লু; মাখোইনা তাকপা মতুং ইল্লু” ফত্তবা সঙ্গ হাঙ্গীবা অসি মাংননবগী মরুনি।

---

## অহল-লমন্না হাঙ্গীবা ইল্লু।

অহল্লম্মনগী অমাংবনা চক্কু মেল্লি হাঙ্গীবা অসি হৌজিক্তি থোইনা মমল নাইবা ৱা নংত্রে। হৌজিক্তি কাওদবগী মঙাংনবদা তাৱক্লে। মতম অমদা মাসি অচুম্বনি হাঙ্গীনা য়ানরম্মী, লুনা তৌনরম্মী। মরম অতুনা থবক্তা অশোঙ্গবা লৈরমদে। তৌই-গুম্বস্তুং হৌজিক্কা অঙাংশিং অসিদি অয়াম্বদি মপাবু হনবা ঙাক্তা ঙাইরে। মপাগী ৱাহৈমক অপংবগী ৱানি হাঙ্গীহুনা লৌনিংজ্ৰবা অসিদা মপুনা মপাদা হাঙ্গীরম্বা ৱা অসিদি মাখোইনা অমুক করি ওইনা উরুগনি? মরম অতুনা অফবনি হাঙ্গীনা

নিংথৌনা থবক পাঙ্গীরুরগা মমৈদা নিংবা কাঙ্গবা অসি ঐখোইনা তত্তনা উবা ফংভি তৌইগুম্বসুং খোইনা খংবনা চুম্মি—মুমিং থা হাম্না উবা মীগী লৌশিংনা ঐখোইগী লৌশিংদগী হেনফম থোকই। মরম অতুনা ঐখোইগী হিন্দু শাস্ত্র পুন্নমক্তা অহল্লম্মনবু লাইমক্লি হাঙ্গীরি। অতুনা মাখোইগী য়াথংদ "দেববাণী" লাইগী য়াথংমক্লি হাঙ্গনা নিংবনা চুম্মি। অতু নত্তে ইংরেজী বাইবেলদসু হাঙ্গীরি নংগী নপা নমা লুনা তৌ—মতু ওইরবদি মীনম্ব য়াগনি লাইনসু য়াগনি। মাতুদা নংগা অহোংবা নগুনা অমাংবা লৈরোই। মীনা হাঙ্গনবা লৈ-যত্তবা মমা মপাদি তাংই, অহোংবদি ফত্তবা মচাদনি। নংগা ফনবতা শেংগিরিবা, নংগী ফনবতা তাকপিন্নিবা অহল্লমনগা য়াথ নতুংইন্না চৎনিং-দবদি অমরোমদসু পাপকা মশক্লি।

মমা মপা অহল্লমন্না হাঙ্গবা ইন্দ্রবগা মমবু মাখোইনা উশিত্তবা অমসুং মাখোইবু নুংশদবা নত্রগা মাখোইদা ভক্তি লৈতবননি হাঙ্গবসু লাল্লোই মপাবু হনবা মচা অম্নাম্বনা মপা মমানা চোংবা রা অতুদ কাকনা খোংবগী হেন্দোকনা তানিংবা লৈতে। হেন্না শিংলবা যুগতা পোল্লবা, হেন্না ইহৈ-হৈরবা ঐখোইনা য়োৎপাক খিংলিংগী কান্নবা রা অতু তারুবগা কান্নবা করি লৈবগে হাঙ্গবা অসি মরম অসিগী চৎনরবা রাথন ওইরে। তৌইগুম্বসুং অহল্লমন্না হাঙ্গবা ইনবগী কান্নবদি মাখোইনা অহল ওইবা ডাইবা তাই। মাখোইনা করিগী অহল্লমন্না হাঙ্গবা ইনগনি হাঙ্গরবদি পাউথুম য়াম্মি।—তেন্না হাঙ্গরবদা মাতুদা অমাংবা লৈতে। মরমদি পাউতাক্তগী হেন্না ফবা মচাদি তেংবানবদা লৈতে। তাকপদগী হেন্না ফনা চৎকদবা লৈরবদি তাক্লিবা তারুবগী করি খোইনা কান্নবা লৈবগে হাঙ্গবা অতু ভক্ষম থোক্তবনিনা কান্নবা রা নত্তে। অহল্লমন্না হাঙ্গবা ইনগদবগী মরম য়াম্না লৈ। নংনা মাখোইদগী

মতমগী অনৌবা লৌশিং কনা হেন্না ফংদুনস্থ পুন্সিগী চাউখৎনবগী পাম্বেগী পোথিদি মাখোইনা নংওোন্দগী য়াম্না হেন্না ফংলম্নবনি। নংনা মাদু ফংগদবা নশানা অহন শাগদবা মতাং অমা ওাইদুনা লৈরিবনি। অহল্লমন্না হাঙ্গৈবা ইনগদবগী মরম অমনা থবক্কী মথং মনাও নাইবা ওাকতুনা মাদু পাংথোকপা ওমনবগীদমক্কি। থবক্কী গৌনবা অমা নল্লগা করিগুম্বা থৌঙ্গনশিন অমগী অকিবা নাইদ্রবদ থবক্কী মথংমনাও নাইবা ওাকপা ওমদে; অদু ওইরবদি থবকস্থ নিংথিনা পাংবা ওমদে।

মমা মপাগী মফমদা ভক্তি উৎপা অমস্তুং মাখোইনা হাঙ্গৈবা ইনবা হাঙ্গৈবা অসি মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি। পৃথিবীদা ওইথোক্তবা থবক পাংথোক্কুনা অমাং অতা লৈত্রবা মিংচৎ ফংখ্রিবা অচৌবা মী পুম্নমক অসি মমা মপাবু লাঙ্গৈবা উদে। মমিং চৎলবা ওয়াশিংটন্না মমা মপাগী য়াথংবু লাইগী য়াথংমক্কি হাঙ্গৈনা য়াখি। অস্তুম্না অহল্লমন্দা ভক্তি লৈরবা অমস্তুং মাখোইগী য়াথংবু লৈপাক তাহন্দ্রবা মচা অদুগীদমক মুংশিরবী মমানা নল্লগা মপানা ঈশ্বরদা নিজবা মঙ্গল অদুদি শোঙ্গৈদনা ঈশ্বরনস্থ থৌজানাবগনি হাঙ্গৈনা নিংবদা করি লানফম লৈবগে? ওয়াশিংটন্না থাজথি অহল্লমনগী য়াথং ওাকপনা তেংবানবগী মীরম লাইরম অনিমক্কী চাওখৎনবগী অথোইবা লম্বীনি।

---

## মতম মাংহন্নগন্নু।

মতমগী মরমদা পাউতাক পীগে হাঙ্গৈরবদি ঐখোইনা হাঙ্গৈজরি নৈতৈদা পীয়ু। মতমগী কান্নবা খংদবনা করিগুম্বা দোষ লৈরবদি ঐখোই নৈতৈগীদি লৌখৎফম লৈতে। মতম মাংহন্দবা কদাইবু কৌবগে হাঙ্গৈরবদি পাউথুম য়াম্মি। লেংলিপাল্লিবা জীবনা মতমগী করি অমুক শীজিন্নফম য়াংপা লৈবগে?

ঐনা নোক্লি, চংলি, কপ্পি, মরুপমপাং তিন্নদুনা রারীপরাই তোরি, লৈকাই কোইদুনা য়ুম্লোম্নবগী থবক থুগাঈরি; মতম্না কদাইদা অরেম্বদা চংখিগনি? মাসিস্থ পাউখুম অমনি; তোইগুম্বসুং কান্নদবা ওন্নতেনবা পাউখুম্নি। অহিং হৌখরে, সুংথিল চংলে, সুংথিল লেপ্লে অমুক অনৌবা অহিং লাক্লে। নোংমা নোংমা চংখিদুনা থা ফারে, চহি লেপ্লে মতমনা চংখিবনি। ঐগী করি দোষ লৈবগে? মাসিদি নোকনসি হাঈদুনা পল্লুবা রাতানি; ফাগিগী রকৈনি মাহাকনা থবক চন্নরগদবা রা থোক্কে। অদুগা পাউখুম অমনা,— থবক্তা তোরগস্থ মতমগী শীজিন্নবা হাঈবা য়াদে। অদুদা হকচাংগী, পুক্লিংগী, থরাইগী মীরমলেন, লাইরমলেন অনিমক্তা চাওথখনবা লাক্লিবা মীনা মতমগী শীজিন্নবা থংদে হাঈরবস্থ লানবা তাগনি। ঐখোইনা হাঈরিবদি থবক্কা শিন্নোং থোক্কবা হাঈবা অদুনি। সুমাংনা থেংজিল্লক্লবা, লেবাক অপুম্বা চাব-থকপগী থবক লোইদুনা সুংথিলগী নৌনা শিন্থানরবা কাওবা নংনা অয়ুক্কী থবক থাদ্রবদি মাদু অমরোমদা কনা কান্নবা লৈদুনস্থ অফবা নত্তে। লাইনা থবক তৌ হাঈদুনা পীবিরম্নবা সুংথিলগী মতম চুপ্পা নংনা তুমদুনা, কোইদুনা, ওন্নতেনবা থবক তৌদুনা লেপ্লগা অহিংদা মিশেং থাংদুনা অহংচুম্না লাইরিক তোরবস্থ মতমগী মতিকচানা শীজিন্নবা থোক্তে। উরু তারুদুনা ঐখোইনা করম্বা থবক করম্বা মতমদা তৌগদগে, করম্বা মতম শীজিন্নগদগে হাঈবস্থ মুন্না থংই, তোইগুম্বসুং মাদু ঐখোইনা তাকপা ওমদে। করিগুম্বা থবক অমা নত্রগা কুম্মে অমা পুং তরা তাবদা হৌগনি হাঈরবদি ঐখোইনা (মতৈনা) থংনৈ।—থবক অদু কুম্মৈ অহ পুং ১২ তাবদা হৌগদবনি: মহাঈবনি, মতমদি থংহৌবা নত্তে হাঈবা অসি ঐখোই পুম্নমক্কী রানি। মতমগী শীজিন্নবা অসি ইংরেজী জাতনা য়াম্না তম্নিঙাই লৈ। ঐখোইনা

থবক অতুদা কুম্মৈ অদুদা ইংরেজী জাতকী মী অমবু বার্ত্তন তোরবদি উগনি পুং ১০ তাগদবা মিনিট ২ দং লৈরিঙৈদা খংঙুবা য়েংঙুবা লৈতনা খোঙাম্দা হেক খোকলুবদা শোঙ্গদনা শরুগদবনি। মরম অসিমক্তনা ইংরেজী জাংকী চাওখৎপনি; মাখোইনা পৃথিবী তম্মাই অমগী মপু ওইবদা করি মিহৌরুফম লৈবগে? মাসি নাইহতুনা মমল নাইত্রবা মতমবু অরেম্বদা মাংহনবনা ঐখোই শোখবা পুম্নমক মথল নাইনা ফংলিবনি। মহৌশাগী হৌনবা মতুংইন্না অককনবা থবক অতু অককনবা মতমদা তৌবা ওন্নবদি মতমগী মত্তিকচানা শীজিন্নবা খোকই।

ঐখোইনা মতমগী থাঙ্গৈশংবা মমল খংদবনা মমল নাইত্রবা মতমবু অরেম্বদা মাংহল্লি। অকুপ্পা লৈরিক মকুপ মকুপনা পাক-চাওখ্রবা পৃথিবী অসি শেমগৎপগুম্না কুইত্রবা মিকুপ ময়াম্না তিন্নতুনা সুমিৎ, থা, চহি শাগৎখিবনি। অসিগুম্বা চহি খরা তিন্নরগা ঐখোইগী পুনশি ওই। তৌইগুম্বসুং মতম অদুদি তুমিন্না খংহৌদনা চৎখিবা মরম্না ঐখোইনা মাতু অরম্বদা জেনবদা খোইনা চেকশিল্লুবা তেংনিংদে। ইনাকখুনগে হাঙ্গৈরবদি ইমুংমনুংগী থরচ মতেক পাইনচিংবগী মরমদা থৌশাদবা য়াদে।—মরমদি মতেক পাই অতুগুম্বা কয়ামরুম্না লুপা শাগৎখিবনি। অহৃদনা পুনশি অসিদা চাওখৎপা ফংগে হাঙ্গৈরবসু অকুপ্পা মিনিট অমতং য়োনা ফাদোকপা য়াদে। মরমদি মিনিট অদু-গুম্বা কয়ামরুম্না সুমিৎ, থা, চহি অমসুং ঐখোইগী পুনশি অসি মথং মথং শাগৎখিবনি। লাইরিক লেংবা কবিশিংনা মতমগা তুরেনগী ঈচেনগা পান্দম্নৈ।—চুম্মি, অনিমক পোথাবা লৈতনা চেন্নি, অনিমক কনাবুসু ডাইবা তৌদে। তৌইগুম্বসুং সমত্রুমোমদা তত্তনা চেন্থখিবনা ময়েং তাখ্রবা তুরেনগী ঈশিংদি কুমগী নোংহৌরকপদা অমুক থন্নি। হৌখ্রবা মতমদি অমুক

হঙ্গিনবা নাইদ্রে। মরম অদুনা মতমবু অরেম্বদা মাংহনবা অসিদি চুমদে। অরেম্বদা চৎখ্রবদি তুংদা মাহুগীদমক অরা-ভেংখানবদি শোঙ্গত্রবা পোৎনি।

মীওইবা পুম্নমক মহৌশানা মতম অহুমদি ইকংকংভি।—হৌখ্রবা মতম, হৌজিক লৈরিবা মতম, লাকদবা মতম। হৌখ্রবা মতমগীদমক ঐখোইগী খোইনা থল্লুকম লৈতে। মতমবু নিংথিনা শীঞ্জরখ্রবদি মতমগী মহৈ হৌজিক্তা চারবা অসি শোঙ্গদবা পোৎনি। হৈহৌত্রবসু হৌজিক্তা মাহুগীদমক খোইনা ৱারুবগী কান্নবা লৈতে; মাহু খংদুনা মতমবু মমাংগী মতৌঙম অরেম্বদা মাংহন্দনবা হোৎনবনা চুম্মি। অদুগা মীওইবগী পুনশ অাসদগি লাক্কদৌরিবা মতমগীদি খোইদোকপা মমল নাইদে। মরম অদুনা লাকদবা মতমগী মরমদগি ঐখোইনা মতৌশানা ঈশ্বরদা ঈস্তোকই। মীওইবা কনানসু হৌজিক ফাওবা অসিদা হয়েং করি পোক্কদগে হাঙ্গবা অসি হাঙ্গবা শুমনদ্রি। অদুগা অমুক মীওইবনা পুনশি হাঙ্গবা অসিদি থমনা মথক্তা পকপা ঈশিংগুম্বনি। করম্বা মতমদা মাংগদগে হাঙ্গবগী করিসু অরেপ্পা লৈতে। মরম অদুনা অশিংবা মী পুম্নমক্তা মতম পুম্নমক্কগী হৌজিক লৈরিবা মতম অসিনা অখোইবনি হাঙ্গনৈ। অয়াম্বনা কোম্না মতৌগনি হাঙ্গদুনা থবক অয়াম্বা নমথদুনা থম্বা পাম্মি; তৌইগুম্বসুং মাখোইনা থংবনা চুম্মি—মতুং অদুদা অরাবা আপদ বিপদ অমা লাক্তুনা থবক অহু অমুকসু নমথখিবা য়াই; মত্রগা হৌজিকী মতম অয়েম্বদা চৎখিবা অদুগুমদুনা মতুংগী মতমসু চংপা য়াই। অদুগা মকম অয়াম্বদা অদুমক্তা খোকপসু খোকই। অরেপ্পা নাইরবা অমবু থাদোক্তনা অওইবা থংত্রিববু ভাইদুনা লৈবদি অমরোমদা য়াম্না য়াখল থেনবগী থবক্নি। অদুগা অতনবশিংনা মতম লৈতে হাঙ্গদুনা মহৌশাবা য়াকৎনৈ। তৌইগুম্বসুং থবক কনবা মীশিংনা

শূগে হাঙ্গনা শূরবদি নোংমদা কয়ামবৈ শূবা ভম্বগে হাঙ্গবা অদু য়েংলুরবদি মাংখাইনা ঙক্কদবনি।

মরম অসি পুম্নমক অসি মুম্না খন্দুনা য়েংলুরবদি ঐখোইনা মতম মাংহন্দবনা কান্নবগী মরমদা থরদংস্থু খংবা য়াগনি। অকক্লবা থবক অকক্লবা মতমদা তৌগনি। মীনা হাঙ্গনবা লৈ থবক শূবা মতমদা থবক শূ, শান্নবা মতমদা শান্নৌ ; অদু ওই-রবদি শোঙ্গদনা নশা ফবা, লৌশিং শিংবা, ইনাকখুনবা ওমগনি। অদুগা নোম্বা, চাবা, তুম্বনচিংবদা অমতস্থু মাগী মাগী মতম অমস্থুং চাং কাঙ্গফদে ; হিরম পুম্নমক্তা চাং নাইবা তম্মু।

---

## চাং নাইবা তম্মু।

কান্নগদবা, চংগদবা অদুদগী হেন্দোকলবদি চাং কাঙ্গবা খোকই। মহৌশাগী তৌরমলিবা মতৌ পুম্নমক উরবদি চাং নাইবনা করি কান্নবগে হাঙ্গবা খংবা ঙমগনি। সনাখোংনাংগী পিক্লবা মরূদগী অচৌবা পাম্বী ওইরকপদা মতৌকরম্না মনা মশা মশামচা চোংলকপগে হাঙ্গবা অদু খন্নাই পুম্নমক উরিবনি। অপিকপা অডাংদগী পাথংগী মপুং ফাবা অবস্থা য়ৌরকপদা কয়াদা চাং কাঙ্গদনা মাগী হকচাংগী কায়াৎ পুম্নমক মপুং কারকইবা খোংগী খোংবীনা কোক্তগী হেম্না চাউরবদি চৎপদা য়ায়োং থোকওইদবনি। মাগী চাং কাঙ্গবা য়াদে। খুদোম্বীনা হকচাংদগী হেম্না চাউথ্রবস্থ থবক্তা রৈথাঙ্গবা থোকদবনি। চাং নাইদবা য়াদে। মশানা মউদগী হেম্না চাউরবদি পাম্বী মংবদা জগোৎ চারোইদবনি। মাগী চাং হেন্দোকপা ফন্তে,

-সিনচিংবা। ইংরেজী পাউবো অমা লৈ—হেন্দোকপনা ফবা লেতে। হেন্দোক্লবদি শোঙ্গদনা ফওবা অমা লাক্লে। মোল্লুকপা কে হাঙ্গবিবা অসি হেন্দোক্লবদি চিরোন্দা তারকই। থোজাম্না ধর্ম্ম অপূম্বগী মরুনি হাঙ্গবা অসি অচুম্বনি তোইগুম্বসুং হেন-দোক্লবদি অয়াম্বা পাংদবা থোকই। অচুম্বা অরেপ্পনা চাং হেন্দোকমনখ্রবসু নুংশিহৈতবা তারকই। চেক্শনমল্লবসু অ বিকপনি ফাদোকমনখ্রবসু করা শাই। চানক্য শ্লোকতা হাঙ্গবা অমা লৈ।—'অতিদর্পে হতা লঙ্কা অতি মানেচ কৌরবাঃ অতিদানে বর্লির্বদ্ধঃ'। এবম ঙসনা হেন্দোকপা হাঙ্গবা অসি থদোক্কদবনি। মাগী মাগী চাং অতু কাঙ্গদনা চৎলবতদা মীওইবনা চাউংৎপা ওম্ব ন।

থবক্কী চাং কাঙ্গবা অসি ঐথোই লাইরিক তম্ফমশংগী ছাত্রশংদা হেন্দোকপা উই। মাখোইনা মতম অয়াম্বদা মাসি ফওবানি হাঙ্গনা খংতুনসু তোকপা ওমদে। মাখোইনা মহৌশানা মীথোই মাহেনবা পাম্বদগী ওইববসু নত্রগা ওক্তবদগী ওইরবসু থবক্কা অচাবা চাং অতু ঙাকপা ওমদে।—তূম্বা, চাবা, পাব-নচিংবা। হিরম পুম্নমক্তা মাখোইনা মাগী মাগী মন্তিক ওকপা চাং অতুদগী কাঙ্গনা তোতুনা হিরম পুম্নমক্তা চাওখৎপা ওমদতুনা মমল নাইত্রবা পুনশি অরেম্বদা মাংহল্লি। মরমদি মীওইবগী হকচাং পুক্নিং অমসুং ধর্ম্মগী পাঙ্গল পুম্নমক মান্ননা চাওখৎ-হনবনা মীওইবা পানবগী মরু ওইবা ধর্ম্মনি। পুক্নিং অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা থোশাদতুনা হকচাংগী পাঙ্গনতা চাওখৎনবা হোৎন-রবসু মীগা শাগা খেন্নবা নাইরোইদবনি। অতুগা অমুক অদুতা হোৎনতুনা হকচাংগী শাজেন থোশাত্রবসু হকচাং অতু লাইথুং পান্দুনা পুনশি অতু অরেম্বদা তাগদবনি।. মরম অতুনা হীরম পুম্নমক মাগী মাগী চাং কাঙ্গদনা নোমগদবনি। মাতুত্তদা পুক্নিং অমসুং হকচাংগী চাওখৎপ ফংবা ওমগদবনি।

মকম অসিদা ঐখোই পুন্নমক্কী দোষ অমতং নিংশিংনহৌবনা থোকই। কেব-মৌবদা ঐখোইনা হীরম পুন্নমক্তগীস্থ য়েন্না মাগী অওকপা চাং অদু থুগাইরে। ঐথোই মৈতৈ হাঙ্গবা অসিমক্তবু মহৌশাগী লূবা-নানবা কেব-মৌবগীদমক মীরৈবাকী মী পুন্নমক্না থাগৎলম্মী। থাগৎপমকস্থ য়াই। ঐখোইনা ঐখোইগী লূবা নানববু দোষ তৌবা নত্তে। থাইনদগী মৈতৈনা মশাগী জুৎ চানবা শেৎপা চাবা হৈত্তবা লৈরমদে। জনষ্টোন সাহেবনা হাঙ্গরম্বা অমা লৈ।—'মু মদাংয়াইদা মৈতৈগী মৌনা তাবা উনশুম্না ঈভৌ খ্ৰৈবা কৈথেন উববদি শুক্মাক্তবা ডমদে।' তৌইশুমন্নং মাথোইগী অডৌবা ফিজেৎ অদু য়মল চংবা পোৎ নত্তে। মহৌশাগী লূবা নানবনা হকচাং ফনবা পাদ্বৈ ওই হাঙ্গবদি চুম্মি; লেপাক্তা শাবা পোৎনি—য়েৎতা পাঙ্গবা শেন ওইবা ওনবগুম্বনি—মচুগা ফজবস্থ অডৌবা উন্দগী থোইনা তাবা পোৎ নত্তে। তৌইশুমন্নং হৌজিক অসিদা ঐখোইনা মীগী মতৌ তম্বদগী থোইদোক হেন্দোক্না কেথোক-মোথোকপা পামরে। মাচুনা থোকপদি নোংচুপ থোং হাংবা।—ঐখোইনা নোংমগী য়ানা তাঙ্করবা শিকি নোংচুপকী লয়োনবশিংদা কৎপা। অওইবমক মাসিনা ঐখোইগী জাৎকী লাইরবগী অথোইবা মরম অমনি। ঐখোইগী জাৎনা ফি শাবগী মরমদা করিস্থ তোম্বা লৈতে। চহি ৪০০গী মমাংদা মোইরাং খোইবীনা শাবা ফিগী য়া তারম্বিগনি। অফববু মতম অচুদদি মাগী মাগী অবস্থা মতুংইন্না শেৎলি। খবনা খোইবীগী ফিগে শেৎসুত্নুনা মনাও ইবুংঙোগী অশাওবা কংখ্রিবা অদুনি। হৌজিক্তি মাদুস্থ লৈত্রে; চৎথোকরক্লবদি বাবু কাঙ্গালী শিকি তানবা মথাই তাবা অমুক থংবা লৈত্রে; অয়াবনি। শেম হাঙ্গবা অসি ছুরেন কৌশিংশুম্বনি হাঙ্গইনস্থ লাঙ্গবা য়াদে; ঐখোই ইশানা ওইহনজবা কৌশিংনি। ময়ম অহুনা থোইয়োক্না শেৎপা

চাগা তোকুবা ঐখোইনা লৈবাক্তী শেন মহেং তাদনবা, হকচাং ক্ষগৎপা হেন্নবা মহৈমশিং তম্বদা হেন্না চাওখৎনবা হোৎনবনা চুপ্পি। অদু নত্রবদি লৈবাক্তী চাওখৎপসু লাপ্পি।

---

## নোল্লুকপা তস্মু।

নোল্লুকপা হাঙবা অসি মীওইবগী লমচংকী লৈতেংগী মশক্নি। থামম্বা অহিংবা মী অপূম্বগী অকিবগী মশক ওইবা অদুগুমদুনা নোল্লুকপা লৈত্রবা মীওইবগী লমচং অদুসু খ্বাইগী পাম্নক্কম থোক্কে। লাইরিকলাইশু পুন্নমক্তা নোল্লুকপা মীগা মহৈয়ানবা উগা পান্দম্নে। উনা মহৈ য়াল্লগা মরাঙ্গী লুকপ-গুম্না মগুণ লৈবা মীতনা নোল্লুকপনা মরাঙ্গী হন্দুবনি, মহৈ পান্দবা উনা ফনবগুম্না মগুণ লৈতবা মীনা চাউখোকপনি। নোল্লুকপনা করি কান্নবগে? চাউখোকপনা মীগী থম্মোইদা হেক চংবগা মীওইবগী লমচংকী নিংখিবা পুন্নমক মাংডি। নোল্লুকপগী অমুম্বা চিংশিন্নবগী পাঙ্গল লৈ—নোল্লুকপা মীবু মীনা নুংশিদবা ওমদে; মাহাক্তী অন্দুম্না শুক্ষাৎনবগী পাঙ্গল অমা লৈ—নোল্লুকপা মীগী অইংবা মচং অদু উরগা ওলাংথাদা চন্দন চাইবা লৈরাগুম্না মীগী থম্মোই তেকখৎলোই হাঙবা ওমদে। নোল্লুকপা মীনা মহোশানা তেংবানবগী মীওইনা পানবগী লানক্কম অসিদা মাইপাকপা ওম্মি। চাউখোকপা নাপল তোবা মীনা থোৗথোক খুদিংদা নিংবা কাঙ্গা অমসুং ইকাইবা কংবা অসি মহোশানি। মুমদা লাইরিক তম্ফমশংদা, তেংবান-বগী থবক খুদিংদা, মকম পুন্নমক্তা নোল্লুকপনা চাউখৎপা পুন্নমক্তী পান্থৈগী মশক্নি। নোল্লুকপা ছাত্রশিংগী পুকচেল্দি

থোংলি অমস্তুং মেংঙি। মরম অতুনা মাখোইন্না ইরাঙ্গৈলাঙ্গৈনা অহন্নমনগী য়াথং, ওজাগী পাউত্তাক পুন্নমক্তা পুক্লিংচংবা অমস্তুং মাত্থু পুক্লিংদা হানজিনবা ঙম্মি। মশানা মশাগী অন্নাংপা লৈত্রে হাঙ্গৈনা নিংলিবা মীশিং অতুনা করি অমুক নোহোনা পাম্ফম লৈবগে? কনা কনাগুম্বনা হাঙ্গৈ—নোল্লুকপগী অতৈ অফবা মগুণ কনা লৈদুনস্থ তেংবামবগী অকনব। লানক্কম অসিদা মাইপাক্কে হাঙ্গৈরবদি হিন্নম অয়াম্বদা বজ্রগুন্না কন্দবা য়াদে; মশানা য়োংকুম্না কন্দ্রবদা কদাইদা থবক্কী পাংনফম লৈবগে? মরম অতুনা অয়েম্বদা অতোপ্পা মীদা নোল্লুকপগী অথুম্বা রাহৈ ঙাংলুবগী করি কান্নকম লৈবগে? মাস অম-য়োংদাদ কনা চুম্মি—তেংবানবদা হিংতুনা পানবগী লানকম অসিদা অমদি তাইবংমী তিন্নবগী থবক্কী লম অসিদদি অঙনবা রাহৈ, অকনবা নিয়ম নত্তনদি থবকপাংবা ঙমদবনা নম্মি হাঙ্গৈবা অসি ঐখোইস্থ য়ানিংঙি। তোইগুম্বস্তুং ঐখোইনা হংনিংবা অমা লৈ—তেংবানবগী থবক্কী লমদা নোংমৈশীংজংগুম কল্লি হাঙ্গৈনন্নিবা অতুগা অরুবা থবক্কী মতমদা য়াদবা মতুংইন্না মাইয়োক্লরবা মীগী মফমদা শা কেগী মত্তো ওইরিবা মীশিং অসি নোল্লুকপগী শুম্মাংনবা ওইবদা মতো অসিদ ইয়াও য়াওদ্রব্রা? অকন-অখোবা পুন্নমক্কী লুচিংবা ওইরবা নেপো লিয়ান বোনাপার্টিবু ঐখোইনা অসিগুম্বা মীনি হাঙ্গৈনা খংঙি। তোইগুম্বন্নং মাহাক্কী থবক পুন্নমক্তা নোল্লুকপগী অঙকপগী মশক ওইরবা খুদম উরগা ঐখোইনা নোল্লুকপগী মরীদা তাথীরা ঙাংলুবা ঙমদে। ডারংকী অখোইবা কবি ভবভূতিনা হাঙ্গৈখিবা অমা লৈ—অসিগুম্বা মীশিং অসিদি বজ্রদগীস্থ হেন্না কল্লি অমরোমদা লৈদগী হেন্না থোংলি। নেপোলিয়ান হাঙ্গৈবা অসিস্থ অতু মগুাই, মাহাক্কী লানচংবদা লানগী চাউখোকপগী লৈতেং অমতা য়াওদে; অচবা সিপাইগী কিজেং শেংতুনা

অচৰা শিপাইশিংগা তোংনচুনা মখোংনা লানকমগী মকম খুদিংমক শীনবা থুংনা চৎখি; মতমগী মতা য়েংচুনা মাহাক্না সিপাইশিংমক্তগীস্থু হন্থনা অশংবা তিংথৌ মথক্তা হিপচুনা অহিং লেনবস্থু মাহাক্না করিমতা হঙ্গোইবা তৌথিদে। মাহাক্না লান্মীশিংনা মাহাকপু লাইগুম্না কিথিবা, মপাঙ্গম্না লুনা তৌ-খিবগী মরম পুন্নমক্না মরক্তগী মাসিস্থু অমনি হাঙ্গদবা য়াদে। লান্না তৌদবা য়াত্রবস্থু মাহাক্না য়েক্লবদা চংজচুনা সন্ধি তৌনবা চান্নরক হন্না হায়জৈ। লান্না লোইন্নবস্থু লানঙম কিরান হাঙ্গৈগৎপগা লোইননা মাইথীরবা নিংথৌশিং অতুদা অন্নাবগা লোইননা নোল্লুকপগী থেমজিনবা য়াহৈ ঙাংবা মাহাক্না থক কাওবা লৈতে। অসিদস্থু নক্তনা ভাগ্যচন্দ্র, বিলাতকী নিংথৌ রিচার্ডনচিংবগী য়ারী পারবস্থু য়া অসি নিংথিনা খংবা ঙমগনি। নোল্লুকপগী থাঙ্গৈশেংবা মুক্তিমক ওইচুনস্থু অসিগুম্বা অচৌবা মীশিং অসিবু ঐখোইনা থবক ঙমদবা মী হাঙ্গৈরুবা য়াত্রা ?

মাসিদা কনাগুম্বনা অমুক হাঙ্গৈবা য়াওই—চুম্মি নোল্লুকপনা মীগী থৌজাল নিজবা মরম্না করিগুম্বদা থবক পাংবা ঙম্বস্থু য়াওই; তৌইগুম্বস্থুং মাহাক্না থবক অতুদি কবুই কওইবগী মনিংমমাং হোবা উতোংগুম্বনি; মাহাক্না অমুক মশাগী ইকাই-খুম্নবা লৈ হাঙ্গৈবা য়াব্র ? মাদুস্থু ঐখোইনা য়াবিংদে। মশাগী থৌগুম্বা নগুণ লৈরবদা মীগোন্দা নংনা নোল্লুকগী হৌনবী মতুংইন্না অথুম্বা য়াহৈ অনি অমা লাম্বোকউবদা করি খোইনা ইকাইনহো-রুকম লৈবগে ? নাপল, চাওউথোকপা হাঙ্গৈবা অসিদি লৈতবা মীগী মচৎনি। মাসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্না তাকপিরম্মে, যুধিষ্ঠিরগী রাজশূয় যজ্ঞদা, অতোপ অতোপ্পা নিংথৌ, অওমঅথৌ পুন্নমক্তা থবক্না শিম্বোং তোঙান তোঙান্না শিন্নরকপদা শ্রীকৃষ্ণ, মহাক্না খুযাদা যজ্ঞগী অর্ঘ্য কৎকদৌরিবা ইবুংঙো স্বয়ংমক্না অতিথি পুন্নমক অচুগী খোংহাম্বগী থবক লৌখি। মাসি তাবদা কনাগী

পুন্নিংদা কিবা অমস্তুং ভক্তি পোকবা য়াওবগে। অরোইবমক মশানা চাউত্নুনা লৈজয়বা মীশিং অদুবু নোল্লুকপগী থবক্না পিকথহনবা য়াবা নত্তে।

তৌইওম্সুং অয়াবগী হিরমদি মাসি খংবা মীস্নু খংদবা মীস্নু ঐথোইগী মরক্তা অয়াবদা নোল্লুকপগী লিচৎ অসিস্নু য়াম্না কোইনা খনবগুম নিংই। মাদুগী মরক্তা ঐখোই লাইরিক তম্বা মচাশিংদা হেন্দোকপা উই। পুং ইশৈনচিংবা তম্বা ছাত্রশিংনা মুংশিরবস্নু নুংশিত্রবস্নু ওঝাগুরুগী মফমদা তৌবা ভক্তি, চৎলকপা নোল্লুকপা ব্যবহার অদু উরগা ঐথোইনা কল্লক্তবা ওমদে। মরম অদুনা ঐখোইনা মতম অসিদগী হোনা মহৈ অত্তে তম্বগুম্না মাসি তমদবা য়াদে, ওরাইদবা চুমদে। মখিং চৎলবা সার আইজাক নিউটনগী মমিং খ্বাইমক তাররিগনি নিংঙ; মাহাক পোকতুনা মতম অসিগী বিজ্ঞান শাস্ত্রনা অম্নুপ রাংবা খুভম কংবা ওমখ্রিননি। মাহাক্না যুগ অসিগী বিজ্ঞানগী গুরুনি হাঙ্গন-রিবা অসি অচুমমক্নি। তৌইওম্সুং অম্নুম্না মপালনাইত্রবা মহৈগী মপু ওইরম্না নিউটন্না হাঙ্গখি "ঐদি অঙাংগুম্না সমদ্রগী তোর্ববান্দা তাবা মুংতুম মচা খুঞ্জিল্লিবমখৈতনি; লৌশিংগী মপালনাইত্রবা ঈপাক্তি মাংদা শোক্তনা লৈরি।" ঐখোই ছাত্র পুন্নমক্না মাহাকী য়াহৈ অসি থমোইদা য়েকতুনা মতম পুন্নমক্তা ইকাইবা চুম্মি।

---

## লমচৎ

লমচৎ হাঙ্গবা অমি মীওইবগী মমলনাইত্রবা লম্নি। অয়াম্বনা মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা অমস্তুং হকচাঙ্গী চাউখৎপা নত্তবা অদুগা শেন তাম্নবা লম্বী শেম্বা নত্তনা তনুগী

াতে মরম করি লৈক্ষম খোকপগে হাঙ্গনা খল্লি। মাখোইনা
িল্লিবা অচুম্ব চুম্মি, ঐখোইম্ অমরোমদা য়াবিংঙি। ভোইগুমম্ং
াতুম্নদি ওইরগা ঐখোইনা নিংবা অমা লৈরি তম্বনা পুম্নিং,
কচাং অমম্ং ধর্ম্মগী মরীদা চাওখৎনবগী মরমনি হাঙ্গিত্তনস্থ
ঙবা লমচৎনা মাখোই পুম্নমক অসিগী মরুনি। ফজবা
ামচৎনা লৈত্রবদি হাঙ্গিরিবা পুম্নমক অসি কংকম অমম্ং
াকক্ম লৈতে। অওইবমক মীওইবগী ফজবা লমচৎকা মান্নবা
ান অমা লৈতে। অমুক্তং লন অসি কংজবা ওম্নবা অমদি
ংজত্নুনা মাসিবু নিংখিনা ওাকপা ওম্নবদি শিগদবা মীওইবনা
শদবগী অখোইবা লন অচু কংবা ওম্মি। মীনা হাঙ্গনবা
অমা লৈ—লুপা লাখ অমা থনমজুনা শিববুদি লমচৎ ফজবা
াচা অমা থনমজুনা শিবনা হেন্না তোংজৈ। মাসি অয়ানবা
েক্ত, মচৎ ফত্তবা মচানা মপাগী খুত্নুং ইন্দুনা মপানা তোরম্বা
অত্থ চাওখৎনবা হোৎনবা অতুদি থম্বু থমখো, মাহাক্না মপানা
ানা লাংখৎলম্নবা হিরম পুম্নমক অরেম্বদা মাংহনগনি হাঙ্গিবা
অতুদা করি চিংনক্ম লৈবগে ? লমচৎনা ফজন্ত্রবদা অচোবা
পাগে মপাঙ্গনাইদ্রবা লনথুম, অমস্থং মহৈমশিং পুম্নমক অরেম্বদা
তাই। লমচৎনাইদবা মহৈ হৈববুদি মচৎফজরবা অপংবা অচুনা
েন্না কাম্নরৈ। লমচৎ ফজদবা মহৈ হৈবনা মাহাক্নী মহৈ
অতু মশাগী অমস্থং অতোপ্পগী কান্নবা শীজিন্নবা হৈতে।
মাগী থবক খুদিংমক্না জাংকী ময়েং তানবগী মশক্না ওই।

লমচৎ হাঙ্গিবা অসি মীওইবগী লৈতেংগী মশক্নি। সনা
লুপানা লৈতেংজুনস্থ মচৎনা ফজন্ত্রবদি কনানম্থ মহাকপু য়েং-
বিংদে ; লৈতেংবা নাইদ্রবস্থ লমচৎ ফজবা মীদা ভক্তি তোবা
অসি মহোশানি, মীনা লমচৎ ফত্রবা মীবু মহুপানবা লিন-
গুম্না কিনৈ ; মাহাক্না ওমদবা করি লৈবগে ? অমরোমদা
মাসি মীওইবগী লমজিংবগী মশক্নি। লমচৎ ফজবা মীদগী

ফাংকী অক-ফত্তা পুম্নমক লেপ্পে। মাহাক্না হিংলিঙৈদনা লাই-মৈবাকী মুঙাইবগী মহাও অচু থংবা ওম্মি। মরম অসিনা মী পুম্নমক মহা ওইরিঙৈদগী লমচৎ ফজনবা হোৎনবমা চুম্মি। ফত্তবা লমচৎকী মমিনা অঙাংগী থোংলবা থম্মোইদা তাথ্রবদা মতুংদা মাতু মুথৎপা য়াম্না লুই।

লমচৎ ফজদনবগী মরম পুম্নমক্তগী ঐথোইনা অনি অসিনা অথোইবনি হাঙৈনা নিংঙি।—১। অফবা সঙ্গ তিন্নবা। অঙাং হাঙৈবা অসিমক্তবু মহৌশানা মীগী মত্তোতম্বা পাম্মি। তিন্নবা সঙ্গদগী ফত্তবা থবক পুম্নমক উরবদি মাড়্না মাথোইগী অশেংবা লমচৎ পুম্নমক অত্তবু মাংহল্লি। (হিরম অসিদা ইমুংগী মমা মপাগীস্তু চেকশিন্দবা য়াদে)। অনিশুবদা মীওইবগী পুক্নিং হাঙৈবা অসিমক্তবু মহৌশানা ঈশিংগী মতৌগুম্না অনেম্বতদা চেম্থনিংই। থাউমৈ মৈরি চাউনা চাকতুনা লৈরবদা মৈরানবীনা মথন্নাই পুথা ঙমদে; মাহাক্না ঙাইহাক কোঙ্গপাই পাইরগা মতুংদা মৈরিদা চোংশিন্দূনা শি। মীওইবগী পুক্নিংস্তু অয়াম্বদি মৈরানবীগুম্বনি। মাসিনা পাপকী অহানবগী পুক্নিং শুঙ্কাংনবগী মশকওইবা শকফম অচু উবদা শুঙ্কাত্তবা ঙমদে, মতম অদুদা মী অমুনা মশাগী অবানবা অচু অমুক উবা লৈতে। মতম অদুদা অহন্নম্মনগী য়াথংঙাকপা, কান্নবা নিংবিবা মরুপকী পাওতাক তাবা নত্তনা অমুক পাম্বৈ লৈতে।

---

## ইন্দ্রি থুদুমচনবা।

ইন্দ্রি থুদুমচনবা হাঙৈবা অসি লমচৎ ফজবগী পোল্লফম্নি। ইন্দ্রি থুদুমচনবা ওয়েবতদা মুংশিবা, থৌজাল অসিনচিংবা মীওইবগী

অমবা পুকচেল পুন্নমকী মতিকচাবা নৈনবা থোকতুনা তাইবংমানা কজবা লমচংকী মশক ওইরবা তাংলবা লম অসি কংবা ওগ্নি। মমাংঙৈদনা হাঙৈখে, মীওইবগী পুক্নিং, মীওইবগী পুকচেল হাঙৈবা অসিমক্তবু মহৌশাগা ঈশিংগী ঈচেনগী মতোগুম্বা অমেম্বা, কজবা মাইকৈয়েমদা চৎনিংই, চেম্বনিংঙি। অদুনা ইন্দ্রি খুত্তম চনবা ঙমদবা মীশিংনা মাখোইগী পুক্নিংগী মতুংইনা অক কত্তবা খন্দনা তোনিংবতা তোতুনা মাখোইগী মমল নাইত্রবা লমচংপু মাংহনগনি হাঙৈবদা করি চিংনবা নৈবগে? শগোনগী খুজ্জীবু থাতুনা থৌরবদা শগোমা চেন্নিংবদা চেন্দুনা তোংলিবা মীগী অরাবা থোকপা য়াবগুম্বা ইন্দ্রিবু লাকশিনবা ঙমত্রবদি মীওইবসু তক্ষম পুন্নমকী মরু ওইরবা ফাঙমদ্রবা কজবা লমচং ফংবা ঙমদতুনা মাহাক্কী মপুনশি অদু অরেংবদা মাংঙি। মতম অদুদা মাহাক্কী নুংশিবা, থৌজাল, মরৈবাক নুংশিবা, লাইবু নিংবা অসিনচিংবা পুক্নিংগী নিংথিবা লৈরাং অদু থম্মোইদা শাৎপা ঙমদতুনা কাত্তুনা মাংঙি।

মহাভারতনচিংবা থাইনগী হিন্দুশাস্ত্র পুন্নমক খরদং নৈনতুনা য়েংলবা মীশিংদি থংবা ঙমলরিগনি।—থাইনগী ছাত্র অয়াম্বগী তক্মগী মরুবু ইন্দ্রি খুত্তমচনবা তম্বা ওইবগুম তৌই; হৈরকপা মহৈদি অমরোমদা মাতুগী মতুংইনবগুম থোকই। ইন্দ্রিবু খুত্তমচনবা ঙমলবদি তেংবানবা অপুম্ববু খুত্তমচনবা ঙমলবা হাঙৈবা অদুনি হাঙৈতুনা শস্ত্রদা হাঙৈরিবা অদুদা করি লানরা নৈবগে? পৃথিবীগী অরা অনাবা অদুদগী হেন্দোকতুনা নুংঙাই য়াইফবগী থোক্লেল পুন্নমক মাতোন্দদি নিতিগী থোংবা কাক্কী থোক্লেলদগী অতোপ্পা ওইবা তাদে। থাগৎপা নত্রগা তাথিবা, অমাংবা নত্রগা অতোংবা পুন্নমক্কা মাগী কপ্পান্না লেংবা নৈতে। পৃথিবীদা মাহাক্কী য়েন্নবা নৈতে। সংসারদা নৈতুনা মাহাক্না

স্বর্গগী মুংঙাইবগী অমৃত থকপা কংডি। মাহাক্কী অসুম্বা কিদম, লৌবকম ওইরবা মপুনশি অত্তুবু কবানা কল্লকৃবা ঙম্বগে ?

তৌইগুম্বসুং কৈ হাঙ্গৈবা খংহুনা নজ্রগা তাহুনা ঐখোইনা পান্নমখৈ ঙম্মি। অহন্নদি ওইরগা ইন্দ্রি খুত্তুচনবা হাঙ্গৈবা অসিদি য়াম্মা লুবা থবক্কি। খুড়াংওইরিভৈদগী অতৈ তম্বগা লোঙ্গৈননা মাসিসু তম্বা অমসুং নৈনবা হৌনৈ। চাবা মতমদা চাবা, তুম্বা মতমদা তুম্বা, থবক তৌবা মতমদা থবক তৌবা, শান্নবা মতমদা শান্নবা, মথংমনাও নাইবা, অশাউবা, অপাম্বনচিংবা নৈতবা অসিনচিংবা অসি ইন্দ্রি খুত্তুমচনবা ঙম্নবা ছাত্রশিংগী খুদম্নি। ছাত্রশিংগী হিরম পুন্নমক অসিদা চেকশিনবনা চুম্মি। অশাওবা, অপাম্বা অসিনচিংবা ঐখোইগী য়েক্কবনি হাঙ্গৈরিবশিং অসিবু খৌগৎপিনবা পোৎ পুন্নমক নজ্রগা থৌথোক পুন্নমক ঐখোইগী মাইকৈ মরিমক্কা তাহুনা নৈরি নজ্রগা থোকই। য়েক্কবা পুন্নমক অসিনা কনখৎলকতুনা মাগী মাগী শিনফমদা পানখ্রবদি মীওইবনা নৈখা তাবা শোঙ্গৈদ্রে অশাওবা হাঙ্গৈবা য়েক্কবনা খুত্তুম চনখ্রবদা মীনা অফকত্তবা খংবা নৈখিদ্রে; মী হাৎপনচিংবা তমথৗরবা থবক পুন্নমক অসি অশাওবগী মহৈনি। অপাম্বদগী মীওইবা পুন্নমক্কী মিংচৎ থিনবা ওইরবা হুরানবা, মীনম্বা কল্লকপনচিংবা পুকচেন পোকই। তৌইগুম্বসুং মাখোই অসিগী শুম্মাংনবগী মশক ওইরবা পাঙ্গল নৈ—অত্তুনা মীওইবগী ইন্দ্রি পুন্নমক অসিনা মাখোই অসিদা চংনিংদবা ঙমদে। মরম অত্তুনা ইন্দ্রি পুন্নমক অসিবু য়াখোই অসিদগী কন্নবা লাক্কবনা চুম্মি। ঐখোইনা মথাদা ইরিবা খুদম থবদা ঐখোইগী জাৎনা ইন্দ্রি খুত্তুমচনবা ঙমদবা উই।

কেব-মৌবদা।—মাসিগী য়াদি ঐখোইনা মমাংদসু নিংশিংখ্রে। মাসিদা নৈতৈ জাৎকী লাঙ্গৈরনবগী অতোপ্পা মরম অমদি হাঙ্গৈবসু য়াই। থাইনগী কেবগা হৌজিকী কেবগা

য়ান্না খেন্নখ্রে। ঐখোইনা থাইনগী মৈতৈ অকেবশিংগী ওন্থোকপা পান্মুবা রা তাই—ঈরুবদা মতম পান্মুদবা—ঈশু তাবা কি হৈনম লৈনমনা চূরবা হকচাং অসিনচিংবা মতমগী শমকক, মত্তমগী কিজেৎনাচিংবা চাংদম্নবদা মত্তমগী পান্নকম থোক্ত্রবস্থু ওইজবা কনানা হেনবগে হাঙ্গৈবদি খ্বাইমক থংডি। মাহাক মাহাক্কী অবস্থাগী মতুংইন্না মাহাক্কী অপান্বা শীজিন্নবদা ঐখোইনা থান্বা ওন্মুদ্রবস্থু তুং-মাং য়েংদনা অপাম্বনা খুতুমচন্দুনা মিত্তিগী ওন্থোকপা শকফম পুথোক্লবা লাক্লবা উরগা ঐখোইনা থম্মোইদা য়াজবমখৈদি ওম্মি।

চাবদা—কেব-মৌবদা ঐখোইনা ইন্দ্রি লাকশিনবা ওম-দবগুম্না চাব-থকপদস্থু তৌরে। মীয়ৈবাক্কী অনৌ অনৌবা অচা-অথক পুন্নমক উরগা ঐখোইনা ঐখোইগী ইন্দ্রি খুতুম-চনবা ওমদ্রে; তৌইগুম্বস্থুং ঐখোইনা অসিয়ৌনা চাবা হেন্দুনস্থু ঐখোইগী কৈ তরেৎ চংনা ফাবা ওম্বা ইপা ইপুশিং অতুগী পাঙ্গল য়ৌবদি কনা অমত্তা য়াওদ্রে। চুরুপ থকপা ফত্তে; অঙাং ওইবিউৈদা চুরুপ থক্লবদি ঐখোইগী থোপ অসি মাংডি হাঙ্গৈতুনা ওঝা চামগী চিন্না ছাত্র কয়াদা তাকই; তৌইগুম্বস্থুং কয়ানা তারিবগে? মমৈদা অসিদগী হেন্দোক্কুনা শোকহৈদবা চাহৈদবা কয়াদা ঐখোইগী অপাম্বনা চংলহুনা জাৎপু মাংহনফদে হাঙ্গৈবস্থু কনানা হাঙ্গৈবা ওমগনি।

অসিদদস্থু মত্তুনা ঐখোইনা ছাত্রমচাশিংনা হিরম অতৈ পুন্নমক্কস্থু ইন্দ্রি খুতুমচনবা ওমদবা উই। তৌইগুম্বস্থুং ইন্দ্রিবু লাকশিনবা ওমদ্রবদি মী মাখোইনা চাওখৎপগী খুভম কংবা ওম্বদি ওইখোক্কবনি হাঙ্গৈবা অসি মাখোইনা থংবনা চুম্মি। চহি খুদিংগী পরীক্ষা লোঙ্গৈবদা ঐখোইনা ছাত্রশিংগী পুকচেল ফাবা ওমদবগী তমথীরবা খুদম অমা উবা ফংডি। পরীক্ষা হেক লোইবগা অঙাংশিংনা পরীক্ষাগী কল থংনবগীদমক পুক্লিং

শাংজক্লৈ, তূম্বা চাবা কাওবা য়াদে। নাইতোম ওইরবস্তু নত্রগা অনি অহুম তিন্নদুনা মাখোইনা পরীক্ষা লৌরিবা ওঝাশিংগী য়ুমদা কোঙ্বা উই নত্রগা ওঝাগী য়ুমদা চৎপমক জুগোৎ চাদ্রবস্তু মাখোইনা ওঝাগী য়ুম মনাক্তা লৈবা মরুপমপাংশিংদা নপত্নুনা হোৎনৈ। তৌইগুমস্তুং ছাত্রশিংনা খংবনা চুম্মি— পরীক্ষাগী 'নম্বরদি' ছাত্রশিংনা পরীক্ষাশং মনুংদা মশানা পীজরমত্নুনা লাক্লবনি। মাখোইগী মাইথোং উরগা ওঝা ইবুং-ঙোমা কদৌডৈদস্তু 'নম্বর' হেঙ্গৎপিরোইদবনি। মাসি অরাঙ্বা রা ওইরবস্তু কান্নবা লৈ। অসুম্বা হিরম অয়াম্বদগী ছাত্রশিংনা ইন্দ্রি খুত্নমচনবা ঙমদবা হৌই। অসি নত্রবস্তু অসিগুম্বা হিরম হেক উবগা অহল্লমনশিংনা চেকশিনবিবনা চুম্মি। তৌই-গুম্বস্তুং থোগৎপিবা অতল্লমনগী মচা মশুশিংদদি ওঝা ইবুংঙোশিংগী কৃপা নত্তনা তৌনিঙাই লৈতে।

শম্না হাঙ্গৈরবদা ছাত্রশিংনা চাব-থকপা, শেৎপ-ইনবা হরাও-কুম্মৈ তৌবনচিংবা হিরম পুন্নমক্তা অহল্লমনগী পাউতাক মতুং-ইন্না মাখোইগী ইন্দ্রিনা পাম্বা কোঙাই অমা থাদোক্কবা য়াদে। নত্রবদি মাহাক্না অমরোমদা কনা কত্নুনস্তু মীওইবগী থাজৈশিংবা মীওইবা হাঙ্বা খুত্তম অত্নুদি কংকম থোক্কে।

---

## পুকচেন তিংবা।

পুক্লিংনা থাজবগী মতুংইন্না থবক তৌবগী মমিং পুকচেন তিংবা হাঙৈসি। মংগী পুক্লিংদা নিংলিবা অত্নু থুপত্নুনা অমা তৌরবদি মাত্নুদা পুকচেনতিংবগী য়াথন য়াওজে। অতোপ্পগী পুক্লিং থুংনবা নত্রগা মাত্নুগী কিবনা থাজবগী মতুংইন্না থবক

তৌরবদি নমথাক তৌবা থোকই। ইনাকখুল্লবস্তু, অচৌবা খুবম লবস্তু পুকচেন চুমদবা মীবু কনানস্তু থাজবা অমস্তুং মুংশিবা ঙমদে। পুকচেনতিংবগী শুম্বৎনবগী মশক ওইরবা পাঙ্গল অমা লৈ মাতুনা মী পুম্নমক্কা পুকচেনতিংবা মীবু মুংশিদবা ঙমদে। লমচৎ কজবা পাম্লবদি পুকচেনতিংবগী মশক ওইবা লনবু হান্না তান্দবা য়াদে। অমম্বগা অঙানবগা খেন্নবগুম্না পুকচেনতিংবগা নমথাক তৌবগস্তু খেন্নে। মুসলমান ধর্ম্ম শন্দোকপা মহম্মদনা মাহাক্কী অচুম্বা ধর্ম্ম শন্দোকপদা আরবকী মী পুম্নমক্কা য়েংথিবা হৌখি। মাতু উতুনা নোংমা মাহাক্কী মপন আবুতালিবনা পুক্লিংগী থাজবা অতু থুপতুনা মীগী পুক্লিং থুংনবা চত্রবদি মাহাক্কা ফৎলোইদৌরি হায়তুনা তাকলম্মি। মাতু তাবদা মহম্মদনা নোম্লুকপগা লোঙ্গিননা খুন্নকই "ইপম্না ঐবু চানবাবগী মরমদগী তাক পিরিবা অতু ঐস্তু থংবদি খংজে। তৌইগুম্বস্তুং মাতুগী মতুংইন্না তৌরবদি নমথাক তৌবা থোকই। ঐনা ঐগী থাজববু থাদোকতুনা নত্তবা লমচৎ চৎপদি ঙম-মোই।" মহাপুরুষ মহম্মদনা মাহাক্কী পুকচেন অতিংবগী মহৈ অহানবদা নত্রবস্তু মমৈদা কদাইমখৈ ফংখিবগে হায়বা অতু খ্বাই পুম্নমক খংঙি।

ঙংবানবদা চাওখৎপা শুভম ফংনবগী মরমদা হৌজিক অসিদা পুকচেনতিংবনা করি কান্নবগে হায়বা অসি রাহং অমা ওইবা য়ারবস্তু পুকচেন শেংনা তৌবা থবক্কা মমৈদা মাই পাক্লবদি শোঙ্গদবনি। তৌইগুম্বস্তুং হৌজিক অসিদা মতমগী ফত্রবা মতাং অমদা য়োরক্লবা মরম্না অয়াম্বনা উবা ফংলে কত্তবা পাম্বৈনা কান্নবা ফংবগী মরমদা য়াম্না মতেং পাংনৈ। তৌইগুম্বস্তুং মাতুদি মতম থরগীদমক্লি। মৈবু উংনা কুপতুনা য়াদবগুম্না মাহাক্কী লৌনম অতু থুনা ফোংদোরকই; মতম অতুদা মাহাক্কা অশোঙ্গবা লৈতনা মীগী থাজবা অমস্তুং মুংশিবা

ফংবা ওমদে হাঙ্গৈবা অত্থদা করি চিংনবা লৈবগে? মরম অত্থুনা মাহাক্না নমথাক তৌত্থুনা অহানবদা থরা তোংজখিবা অত্থুদগী মমৈদনা হেন্না মাংলে হাঙ্গৈবা অত্থুদি হাঙ্গৈত্থুনবু অরেম্বনি। শেনতানবগী য়া.বু হাঙ্গৈরবস্থু ফত্তবা পাম্বৈনা তানবা শেন অত্থুদি ফত্তবা থবক্তা শীজিন্নত্থুনা মাংই। মীনা হাঙ্গৈনৈ পাপকী শেন্দি প্রায়শ্চিত তৌবদা চংখি। অচুম্বনি। মরম অত্থুনা নমথাক তৌবনা করি তোংজবা লৈবগে?

অমরোমদা পূকচেন শেংবা অফবা মী হাঙ্গৈবা অসি মী পুম্নমক্কামক ভক্তি তৌনফম অমস্থুং ইকাইখুম্নফম্নি। হৌজিক্কী মতম অসিদা মথলমথা অয়াম্বা মরমদগী নমথাক অমস্থুং লৌনম তৌবগী চাং অসি য়াম্না হেঙ্গৎলক্লে হাঙ্গৈবা চুম্মি। তৌই-শুবস্থুং অত্থুম অত্থুম ওইনমক কনানা পুকচেনতিংবা মীবু ইকাইখুমনদবা ওয়গে? পুকচেন মাংবনা অসিমথৈ কান্নে হাঙ্গৈত্থুনা থাজরিবা মী অত্থুস্থু পুকচেনতিংবা মীবু ভক্তি তৌরোই হাঙ্গৈবা ওমদে। মরম অত্থুনা পুকচেনতিংবা মীনা তৌবা থবক্তা মীগী নিজদবা মত্তেং অমস্থুং থাগৎপা ফংত্থুনা শোঙ্গৈদনা মহৈ য়াম্লে। অত্থুগা পুকচেনতিংবা মীবু মী পুম্নমক্কা থাজ্জে হাঙ্গৈবা অত্থুদি হাঙ্গৈত্থুনস্থু কান্নদে; মীনা থাজবা হাঙ্গৈবা অসি তেংবানবা অসিদা চাওখৎনবগী অথোইবা পাম্বৈনি হাঙ্গৈবা অসি করিগীনো হাঙ্গৈবা খন্দুনা য়েংউ।

(হৌজিক অসিদা ঐখোইনা য়াবা অমা লৈরি।— ছাত্র অয়াম্বনা চহি চুম্নদি তম্বগী হিরমগা মরী লাপ্নবা অতোপ্পা হিরম অমা তৌত্থুনা লৈরগা মমৈদা চাংয়েংনবা খুদিংদা মাই-পাকপদি লৈপাক্তা খুত্থুম্না থাবনি, ফক্লাংদা লৈতুম হুনবনি শোক্টত্রবনি হাঙ্গৈত্থুনা নিক্তুনা লৈবা উই। মাখোইগী খুৎলাই অহমথক্তী পাঙ্গম্না মাখোইনা শোইদনা মাইপাক্কনি হাঙ্গৈনা থাজ্জে—১। হূয়ানবা ২। লৌনম ৩। নিবা। মাবু হেন্না ফবা

হাত্রদগী য়েংদুনা ইবা নত্রগা অতোপ্পা পাদ্বৈ অমা তৌদুনা চম্ফমশং মনুংদা লাইরিকনচিংবা য়েংদুনা ইবা অসিগুম্বা অসি অহানবা মখনগী খুলাইনি। ওজাইবুংঙোশিংদগী করিগুম্বা থাজবা য়াবা হিরম অমগীদমক ছুটি লৌদুনা থোরক্লগা মপান্দা অথংবা মী অমগা নত্রগা লাইরিক্কা তানবা অসিনচিংবা অদিনা অনিগুম্বা পাদ্বৈনি। অদি অসি তোকতুনা ওজা ইবুংঙোশিংগী মনাক্তা পরীক্ষা লৌইরগা কপলুগনি হায়বা অসিনা অহুমগুম্বা পাদ্বৈনি। অহুম অসিমক অরেম্বনি হায়বা অদু অকবা ছাত্র পুম্নমক্না থংবা ভাক্তুনি। মথক্কী পাদ্বৈ অদি অসিনা মাখোইনা করিগুম্ব ওজা ইবুংঙোশিংগী থৌরবা মিৎয়েংদগী লাম্হোকপা ঙম্নবসু মাখোইগী 'বিদ্যা' দি কবুইকৈরোইবগী ঈশিং উতোং-গুম্বনি হায়বা অদুদি হায়দুনবু অবেম্বনি )।

---

## পাউতাক থন্না

### ( মৈতৈ পাউরৌ থন্না )

মীনা য়ানবা চৎলু—'মীনা য়ারগা লাইনা য়াবনি'। মরম অদুনা চাউগে, নুংঙাইগে, য়াইফগে হায়রবদি মীনা য়ানবা চৎলু। নৈগী মনম নুংশিংনা পুই, মীগী মনম চিন্না পুই হায়বা কাউগনু।

অহল্লমনা হায়বা ইল্লু—প্রৌবান্দোং চফুবু কাইনবা য়ৈবরা? মাখোইনা ভাংবদা শাউরুগনু। মচা চানবদি পুকনুংদা চাল্লু হায়বা পাউরৌ অসি ভারুবা মাখোইনা নংবু ভাংবনি। অহনগী অমাংবনা চফু মৈয়ৈ, হায়দুনা মাখোইনা হাইবদা হেক মতারকপনি। মাখোইনা থংডি 'হুইবু লুনা তৌরবদি লুতোম লেকই'।

**অনগন্নু—**'খোং চোংলগা চিন চোংপনি' 'লাইনা য়াংপা থায়াংনি' হাঙ্গৈবা অতুদি অমরোমদা হাঙ্গৈবা ৱানি। হৈবোং মথাদা হিপতুনা খৱা নিকপিন্নসু হাঙ্গৈবা অতুনদি কান্নবা নত্তে। নোম্মু—অৱাবা মচা লৈম্ন মাংদবনি।

**থবক্তা ইচং** থো—'নোংমা পোকপা মচা নিনি শিবা হৌনদে' 'পেনা শেম্মিড়েদা শামুরৌ য়োই' থোঙ্গাই শংলিড়েদা যণনা ৱাই' হাঙ্গৈতুনা হোঙ্গৈশাংনমনংসু কান্নদবনি। 'শেন্দাং ভন্না তাবনা চেং মচং চাই' হাঙ্গৈবা ৱা লৈবনি। মুপী মমাংদা পাম্বোম তিংবসু কান্নদে।

**হেক নিংৱা** কাঙ্গৈগন্নু—'অনম কল্লগা মাইবী চংঙি' 'থাংবা কল্লবা ফমেল ফংই' হাঙ্গৈবা ৱা লেবনি। অৱা নুংঙাইবা হাঙ্গৈবা অসি কনাগীসু 'পিবা ফম নত্তে'। হন্না হন্না লাকনৌ; 'তল্লবদি তৌরুনু, তৌরবদি হনগন্নু' হাঙ্গৈবা লৈবনি। অতু নত্তুনা অমসু অমসু খং খং তৌরবদি 'মপাম চাকসু চাদা মৱা চাকসু চাদা' অমসু অমসু কান্নদনা তোকই। 'অয়ুক পান থারগা নুংথিল পান ফুকপা য়াবা নত্তে। শাইর-শাইরগা ওইনম্মি হাঙ্গৈবা লৈবনি।

**"নত্তিক নত্তুনা নওল হাপ্পসু"** তৌগন্নু—"শামুগী মপোং ইরোইদা থোনবা য়াবা নত্তে।" "উচি কল্লক্নুনা ময়ুম মৈ থাই" "মকম্বিনা মৱল ফোইদংলি" হাঙ্গৈবা অতু তাগনি। হিরম পুন্নমক্তা "লিলসু শিনবা চৈগুসু তেক্তনবা" লাক্লগদবনি। অতু নত্তবদি 'লালুপসু কা ৱাশাসু শা" হাঙ্গৈতুনা অৱেম্বদা তোক্কনি। "মতাও ইকাই লান্দা শি" হাঙ্গৈবা অমসু লৈবনি। আশা য়াম্না ভৌমল্লবসু ৱাবা

নংবনি ; ভাবনা দলাল শাবা কান্নদে মংদা মঙ্গ্রা তান-
বগুম্বনি। ইরোই লৈত্রিদৈদো হৌদোং হাৎপা কান্নদে।

নহে কন্না তমউ ! –অপংবগা মান্নবা ফজবা লৈত্রবনি। পংগদবগী
শরুকপুদি শিয়ু হায়বা অতুনি। "মী অপংবা লাল.
ওইনৈ (১). উ অকংবা শীংওইনৈ" হায়বা লৈবনি।
হৈরবদা চন্নদবা লৈতবনি ; "মৈবু ফিনা কুপতুনা
থম্বা য়াদবনি" "লাইরিক হৈবগা লাইশু হৈতবশু
তৌগনু" নহেগী শীজিন্নকম খংউ।

য়াবা ফজবা ঙাংগনি। 'য়াহে অমনা পেল্লি, কা মতপ অমনা
চিন পৈ" হাঙ্গীবা লৈবনি। ফনা শেংদুনসু "য়াহে
হৈত্রগা মপা চৈবা শকই। "শানা শিবনা খোঙ্গুন্দা
মীনা শিবনা মচিন্দা হৈতবা নংদি ঙাংঙুগনু" হাঙ্গীবা
অতুদা কাওগনু।

মতম মাংহনগনু "পাডন থৌনাইদবনা থোইদিং পোৎমা হৈ-
দোক্লগা খুল্লি" হাঙ্গীবগুম্না অরেম্বা থবক তৌম্বনা মতম
মাংহনফদে। "বিধিমক্লা পোকডমদবা মপোক্লি।"
অকবা থবক্তা য়ৈথোকফদে" "নুমিৎ থাবু চুইনা
চাখিত্রা" হাঙ্গীবা অতু অরেম্বনি। অতুগা হিম্নাং
য়েংলিদৈদো তুম্বাগী শেল থৌই হাঙ্গীবা অতুসু কান্নদে।

চেকশিনবা তম্মু—'চেকশিল্লগা চেকয়ুম শাই, কাদোক্লগা করা
শাই হাঙ্গীবা য়া লৈবনি। 'থয়া লৈরগা হিজাওনা
হিরুপ্পগুম' তীলাইখোম্বীনা থম্না চাবগুম' লোইখোক্ল-
বদি মমৈদদি 'পেমা য়েলহৌ কবী য়াঙ্গেন তোলোই
য়েংনসি' হাঙ্গীবা অতু তারগনি। হাকনা লিকপসু
তৌগনু ; অরিকপগী মরন শূমনা চাই' হাঙ্গী বসু
লৈবনি। 'ইখুৎ লাম্বোক্লগা মীখুৎ লাম্বোকপরি'
কাউগনু। শেল হাঙ্গীবা অসি চথোকখিবদি লাঙ্গীবনি।

হূয়ানবা মতুং মৈয়িংণ্ডি হাঙ্গেইতুনা মতুংদা থংলকনি। মরল লৈতনা যঙ্গোম চানিংবদি চুমদে। উচেক অচোবনা মহুম চাণ্টনা শাসন্নু।

মীগী মপোৎ হূয়াল্লুগন্নু।—'হূয়ানবগী তয়ানি, মপূগী নোংমা হাঙ্গেইবা লৈবনি।' হূয়ানবনা সুংঙাইবা কনা য়াওবগে? লোনিংমল্লবস্থ কংদবনি।" 'পাপনা পাপ চাই' হাঙ্গেইবা অহু কাউগন্নু।

মীনম্বা য়া ঙাংগন্নু।—'লেতোন্দা শরু পানব্রা' হাঙ্গেইতুনা পংঙাংঙাংবা ফত্তে। লিন্দনবু মরৈ অনি পানবনি।' মীনমই হাঙ্গেইবা অমুক্তং থংখ্রবদি কনানস্থ নংবু থাজরোই। 'মৈবু ফিনা কুপতুনা থম্বা য়াদবনি।' মীগী মচিন পাইতুনা থাম্মুবা য়াব্রা?' হি অনি তোংবা য়াদে, য়া অনি ঙাংবা চুমদে। লিন্না মখুল চংলমদাইদা চুম্মি হাঙ্গেইতুনা মমৈদদি চুমদবা য়ারক্তবস্থ য়াওবনি।

মীবু কল্লকউগন্নু —'মীবু মাংসন্নু নিংলগা নংনা হান্না মাংবনি' "মীচা শিসন্নু নিংলগা ইচা হান্না শি' হাঙ্গেইবা লৈবনি। মীগী ফনবতা লাকনৌ, "চেং পূরা, চেং শিং, ফো শিং।"

মীগী মরাম্থ ঙাংনরুন্নু—শবিনা মমা নোকনৈ হাঙ্গেইগুন্না নাগী শুমাং শিত্তনা মীগী শুমাং শিৎপা' তৌরুগন্নু। মীরা ঙাংনবা পাম্বা হাঙ্গেইবা অসি অরেম্বনি। মীগী মতৌ উরগা মীহোবস্থ তৌগন্নু—নথৌ থাদুনা মীগী মতৌ য়েংদুনা লৈরবদি "লৈম য়েংলিঙৈদা থুম্থ কাই" হাঙ্গেইতুনা অরেম্বদা নথৌ শিৎতুনা তোকনি। 'ঙারোই কারণা হঙোই চোংণ্ডি' হাঙ্গেইবগুম অরেম্বদা মিহোরুতুনস্থ কান্নবা লৈত্তে।

শিম্বোং থংনা শূ-'শগোল মমাং পুক্লাওপুবী, সুংশিৎ মাইরম লশিং কাপ্পী' হাঙ্গবা অদু শাগনু। শিম্বোং থংন্রবদি 'শূগমবা লাম্নরবা. চাগনবা য়াঙ্গংবা হাঙ্গবা অত্থ' অমুদা হাঙ্গরিবনি। "নতিম্নি নরাইনি" 'লাইগী কাঙ্গদনবনি' হাঙ্গদুনা শূবনদি কাম্নদে।

লমচৎ ফজো—'শকথীবদি লাইনা শাবনি, মচত্তনি' হায়গৎপা পামগনু 'ব্লাতোন্ন' ব্লাংলগা কাকনা ফমদেকই' হাঙ্গবা লৈবনি। মতোনা য়াম্বা থোবা শাবসু কাম্নদে; মনানা হৈমাং শাবা কান্নদবনি।

থবকমচানি হাঙ্গদুনা লাঙ্গথোক্লনু—'খোংবান অপিশক্লা মী লোই' হাঙ্গবা লৈবনি। মচা মচা ময়ামনা অচোবা ওইখি-বনি। 'তরাঙ্গ চৈশুনা লেংথোং ফাই' হাঙ্গবা কাউগনু। তোগদবা লৈরবদি হাম্না তোহোবদুনা ফৈ 'নামা হাঙ্গরিঙেদা য়াদ্রগা পোৎমা লোল্লগা য়াই হাঙ্গবা অদু তাগনি।

ধর্ম্ম কাঙ্গগনু—'ধর্ম্মনা লেংদবা উপান্নি'।

অকবা সঙ্গ তিল্লু—'ভগা তিন্নবনা য়োৎ তাউই' লৈগা মরুপ ওইবনা হুপনা লাইগী কোক য়োই হাঙ্গবা লৈবনি।

নরৈবাক, নংগী জাৎপু নুংশিনু—ফনা হাঙ্গবনি 'মরোল লোনবা মী থাজগনু' 'লমগী ষণনা মচি শাংই' গাঙ্গবা অদুনি। লৈপুংনা ষণশাবা মো খোংদবনি।

লৈমনিংথৌ থংঙু—নিংথৌগী নাকোংদি ফকলাংদা থেৎপনি। শামু ব্লারুম নিংথৌ ব্লরুম হাঙ্গবা অদু কাউগনু।

তেংবানবা শেন্দা মপুবু কাউগনু।

হৌজিক অসিদা পাউতাক পিবিনবগী ব্লাৎপা লৈতে; মতমগী মতুংইন্না মী পুন্নমক 'মপা হনবা' ওাক্লা ওাঙ্গখে। তৌইত্তবসুং

পুন্নমক অকবা ঙাক্কনি। লৌবিনবা লৈতবগী য়াবদনি। মশানা পাম্নদবনিনা পুন্নমক লম্থোইবদা শমজেৎ পীবা তারিবা অসিনি। লৌবা হৈরবদি অমস্তং মাস্থু ঙাক্কুনা চৎপা ঙম্মবদি পাউত্তাক পুন্নমক অফবা ঙাক্কনি; মরম অসিনা ফো শুবগুম হাঙ্গৈরগা চেং চোইবগুম নাম্থোকপা তৌগন্নু। হৌজিক অসিদা পাউত্তাক পিবা মী পুন্নমক খুৎ ফত্তবদা লালুপচিংবা হাঙ্গৈবা অস্থু তাখে।

---

## অহিংদা কোঙ্গৈবা।

তাংথক নাইত্রবা থাবুংনা, থাবনগী মহী চেন্নুনা,
তাইবং চাংজো থুক্কৎলে, থাবনগী ঙ্গৈপোম হৌরক্লে।
নোংমদোন অত্তিয়া থুংনবু থবান্নিচাক্কী লৈরাংবা,
বসন্তগী লৈহাউগুম, মকাফন্না শাৎকাইরে।
নোংইল লাবা অমোম্না, উকৈগক্ক, ফমজুনা,
শোরামপু মায়োক্কা, থাবন অমৃত থক্লক্লি।
থয়োগী শাগৈ খিবিক্কা মকত্রবা পুথ্রা ময়োন্দা,
মপুরোইবগী থৌগনওই, মকাফন্না শাত্তোক্লি।
ম্নেরুবা কাঙালাক্লরোই, মতমগী খুদোংচারিবেং,
শাৎচহৌরো লৈরাংগ, নকা ফন্না নোকচরো।
ইন্নুংঙাল্লে হাঙ্গৈরগা, অমুক নোকপা ফংলরোই।
মতমগী ঙ্গৈচেন অসিদা, থাজনিঙাই লৈবরা ?
শংবানবা উনা মরক্তা, সনাগী লৈরাং শাৎপগুম,
শমজিরৈগী মতৌগুম তন্দনগী লৈরাং শাত্তোক্লি।
শংবানবা তিংথৌ মথক্তা, মহী চেনবা থাবন্দা,
মীওইবগী য়াথনগুম, তোঙ্গৈনা চিকমাং মাংথরি।

পোন্বী চেক্লা য়াতাখে, ভামনাগী খোঞ্জেন তাদরে.
খোইমূনা ঙংবা লৈতরে, পৃথিবী তুমখুন হুনখরে।
মকুগুম্বা খরনা, থাবনগী ঈচেন উরগা,
পুকনিং খোইশাউনদুনা মপুতম্না রাকৎলি।
( অমম্বদা তুজুংবা, অঙানবদা খোঙ্গশাউবা ! )
অহিংগী নিংথিবা উরগা, থাবনগী ঈচেন কংলগা,
থমোইগী মম্বা নক্তনা, রাবিনবা য়াওবরা !

মোইরাং।
১৩।৯।২১ ইং

---

## অরাবা ইশৈ।

সন্ধ্যারতিগী খোঞ্জেন্না, মাইগৈ'পুম্বা নিন্নরে।
সুংথিল কোরোঃনবস্থ, নোংচুপ চাংয়া থাংখরে।
যণবী যণনাও খিবিকনা মমৈ ফিরান শাত্নুনা,
হম্বা হম্বা থোংদুনা, শরিক্কো তানবু থারক্লে।
লৌরাংশূরম্বা খিপিক্লা; খুজেং পালোনদুনা,
রাখনচাউবা ঐঙোন্দা, চংলকলিবা অহিংদা,
লৈপাকলৈমা শিন্নরে, অরাবা লম্বী য়াল্লক্লে।
নিংথিবা লমদোম খিবিক্কো, অনম্বদা লোৎখরে।
মলয়াগী মুংশিৎনা, লোইরোই লোইরোই শিৎলক্লি।
কৌজেং হারো মপৈনা, অচিকপা মতম অসিদা,
মপুগা কোলোই শক্লক্লি, লৈনা জগোই শারক্লি।
অথাপ্পা লম্পাক'থক্তুদা, উইনা শগুপ শ্যাইহুনা,
য়াংগী শঙ্গনা পোথারি, খোঞ্জেল রাংনা খোংলক্লি।

মাংগী মন্দির মতোন্দা, অথুপ্প' ফুঙ্গ মনুংদা,
চিরুবা মপাম লমদমদা, ইশৌ লাংভি হাঙ্গবগী,
অঙ্গিং নিংথৌ মাইয়োকনা, মকুশিংনা ব্রাকৎলি।
মাংগী পামেল উখাদা, অকনবা লৈতেংগাই মরক্তা,
খুঙ্গাগী ইপাইপল খিবিকনা,
অচম্বা শস্তক মনুংদা, কুইনা তুমখোল হুল্লিদো,।
অয়ুক্কী নুংশিৎনা য়েবদা, চেক্লাগী কোলোই তাবদা
য়েম্বৌনা ৰাশী খোংবদা, ৰাশীখোন্থাং তাবদা,
অচম্বা কমুং'থক্তগী, নাপীগী কমজাউ'নুংদগী
য়্যাকাইরোন্দি তাবদা নৌনা য়্যাকাইররোই।
ফুঙ্গা থামরেন থাররোই, লৈমগী সেবা ঙাইররোই।
পারি ইমোম কনানা, চুপ্পগী নিহৌ তাল্লরোই।
লৌরাং ফোদি কয়াদা, থাঙ্গোল নোংথাং কুপথরে।
লাঙ্গেল য়োৎলম ফাক্তুনা, পামেল কয়া ফুকথরে।
লনগী মপু ওইরিবা শাবী শানৌ অপুম্বা!
মোংফমসিগী মথক্তা অঙোবা ফুরা উদ্রগা
অচোবা মাগুব মনুংদা মিংচৎকী শীংথানদ্রগা,
লমইন পেনা খোংদ্রগা, নোকনবিবা তৌগনু।
বিধিনা তুংওইনবনা, লৌশিংগী মিৎসূ পাংহৌদ্রে।
লনগী মপু ওইহৌদ্রে, লৈবক্তুনা পেম্লরে।
সমত্রু ঈস্বাঙ্গ মনুংদা, লোক্তুনা লৈবা মণিগুম,
শোংলবা নারক মনুংদা, লোম্লা শাৎপা লৈরাংগুম,
ঙবিনবা লৈতনা, খংবিনবা য়াওদনা,
অরেম্বদা মাংথরে, মতমগী ঈপাক্তা ত্তিনথরে।
লৈবাক ব্রাগেন ঙক্ফবা, মীথকথংবা য়াকবা,

পলেম পস্থৌ কয়ানা, অচিকপা লমদম অসিদা
ইংনা পোত্থানত্থনা কোলোই নপাউ তারিদো।

খুরগুল
২৫।১২।২২ ইং

———

## লমগী চেক্লা অমদা।

লাঙ্গোই খুরুপ থৌত্থনা মুংথিন কোয়োহনবনা
নোংচুপ চীংয়া তমথরে।
লাঙ্গোল য়োংলম ফাংলঙ্গা য়োংলৈ নোংথাং শারম্বা
শাবী শানৌ অপুম্বা,
লাইজ ইশৌ লাংবদো মলয়া মুংশিংনা য়ৈবদা,
পুকনিং হকচাং ইংনরে।
অঙানবম্সু লোইদ্রিডৈ অমম্বসু লাক্লিডৈ
কাওরেন কোঞ্জন মতমদা,
নাইতোম তাবা চেক্লানা গুরু ফাংখোং খেত্তুনা
লৈনা জগোই শারম্মি।
পস্থৌ শুমাং ময়াঙ্গৈদা বৃন্দাগী খুঙম মনাক্তা
কোলোই মপাও তারম্মি।
চিন্নাইদবী মরুপও ঙাইহাক পুঙ্গোই ঙাইখোও
লমনাইদবী মালংনি।
কনাগী য়াথং ইন্দুনা কনাগী খুত্থং ইন্দুনা
নপাম লমদম য়োগবা।
অসি হাঙ্গৈরিডৈ মতমদা নাইতোম পাইবা চেক্লাদো

মিৎয়েং কারন লানথরে।

ইন্নুংশোরাবু চংলকলে য়ুমগী ফমজাত্ত কাথৎলে

খোমলেন য়াতাগে লাক্লখি।

নাইতোম পাইবা চেক্লাদো থমোইগী লকা মুং'ড়ুদা

কোলোই মপাউ তাকলকই।

"মপুগী লৈবাকমুং'সিদা হিরম থৌথোক খুদিংদা

পংনা পাল্লি তাইবংও।

মপুগী থৌজান ফংতুনা খুজেংগী পালোইনতুনা

মনাই লমজিংপাউমেল্লি।

খুবাং চাংজো তরানা মপুগী কোলোই শক্তুনা

ইন্নুংঙানবা ঙাইরম্মু।

ঐগী চেংলোই তাকলগে, লৈনা জগোই শারগে,

মপুগী মঙ্গুণ তমলগে।

মোইরাং
২৩।১২২২ ইং

---

## লৈরাংদা।

চৌংদা শাৎপা ইঙেনলৈ
চৌংয়াদবু কেনখিবা
কল্লকই।

ঐনা কেনগে কেন্দেদো
মালংবনা হুমবগী
কেনবনি।

মালংবা ঐস্থু কৈদৌদে
লৈরাং লৈথোক লোঙ্গবনা
কেনবনি।
ওলাংবা মুমিৎ লোইদরি
মুমিৎনা খাদা লৈদরি
ঙাইথোও।
শিবা ঙাইবা পানবনি
লৈরাং নংগী নতৌগুম
কেনগনি।
কালেন নোংগী মতৌগুম
অমুক্কী লিকলা তাবগুম
মাংগনি।
পংনা পাল্লি ঙাইবংও
মুংঙাইবা মতম কুইদেদো
খংজোও।

উরিপোক ষ্টুডেন্টস ইউনিয়ান
১৭।৬।২২ ইং

---

## ঈশ্বর।

তেংবানবা অসিদা, য়েংথিবা মাইকৈদা, শংবানবা অতিয়াথক্কুদা বহাকী থৌজানগী, অঙকপা খুদমু, উহুনা পুকনিংসি পেন্নরি। চৈংথৈনা হুনবদা মুমিৎনা থোক্কুনা, তেংবানববু ঙান্নরি। মুমিৎনা ডাখ্রগা থানা লাকহুনা অহিংগী চাকশিন্নরি। থাবম্না নোক্লবা, শংবানবা নোংদোন্দা সনাগী লৈরাংনা শাত্তোক্লি;

লৈরাংগী লৈকাদা, পাম্বেলগী উনাদা ইবুংঙোগী মিংবু ইজরি।
কনাগী য়াথংনা নামিবা সুংশিংনা, শিত্তুনা পুক্নিং পেম্নরি।
অমম্বা অহিংদা অঙানবা সুংথিন্দা মপূগী মগুণবু কোংদোক্নি।
কোকিলনা খোংবদা খোইমুনা ঙংবদা, তাদুনা পুক্নিং শুন্দ্মৎলি।
কনাগী য়াথংনা ভুরেন্না চেন্দুনা তাইবং খোরাংবা কোক্লরি।
পৃথীগী পুক্কেদা নিজবা পুম্নমক কান্দদনা ফংবা ঙমজরি।
মপুগী থৌজান্না উনবা ফংজরে য়েংনবা ৱাৎপা লৈতরি।
তেংবানবা অসিদা য়েংথিবা মাইকৈদা শংবানবা অতিয়াথক্তুদা
নহাক্কী থৌজানগী অঙকপা খুদম্মু উদুনা পুক্নিং’সি পেম্নরি।
থৌজানবা ইবুংঙো! অশাংবা পুনশিগী মিকুপ মিকুপ খূদিংদা
অৱাৎপা/ লৈতবা ললৈবা ঐখোইনা কবি নিকম লৌরিবা
মপুগী খুয়াদা ঈকোকসি নোন্দুনা থুরম্বদা ঙমজবা
মপুগী মিংক্মবু পাপচেনবা চিনসিনা তক্তুনা শোনবা ফংজবা
নিজগে খুয়াদা তোল্লবা ননাইনা ভক্তিগী লৈরাং কৎচবা
মপুগী লৈবাক্তা, পোকচবা ফংলবা মপুগী শিনবু পাংতুনা
পুনশিগী লানফমদা মাইপাকপা ফংতুনা মপুগী মতিকপু উৎচবা
মৈতান্না ৱাখৈবা মতমনা লাক্লগা সুংশিবা ঈপাক্তা তিঙ্গবা।

(শিলং)

১৭। ১২। ১৭ ইং

---

## মৈতৈ কবি।

নারক্তা শাৎপা, লৈরাংবী
নমবিনবা, য়াওদনা।
অরেম্বদা মাংবগুম;

ঈয়াঙ্গীদা লোৎপা মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙানবগুম,
চাংনা কোইনা পংঙাকপা
হাওনা কোঙ্গনা পনশাবা
মণিপুব সনা লৈবাকনা
অবেমবদা ঙাল্লম্মী
অরেমবদা শাৎলম্মী
থংবিনবা লৈতনা।
অসি য়াবু খনবদা
অহিং নুংখিল আনদা
অরাবনা ফুম্বংনৈ।
থমোই ঈযুৎ নুংচুদা
গোমুখীগী নাপোমনা
ভাগীরথী গঙ্গানা,
ঈচেন ফাংনা চেনবগুম
মিংলু নাপোম থুমনদুম
তরং লাইজা শিন্থবি।
নচাগী পাম্বোম চাউজিংউ
পালেম নুংশিবা থংজিংউ
ইমাগী সেবা ঙমলমগ্রি
(পলেম শকপী ইমাও!)
তোল্লবা নচা ঐখোইনা
খুজেং পালোইনদুনা
য়াকাইরোনবু খঞ্জগে।
লাইরবা নচা ঐখোইনা
'প্রেমগী ধারা' নত্তনা

কৎচনিংঙাই লৈজদে।

পীনবিয়ু ইমাগ!
লেংশিনবিয়ু পলেমও
থমোই আসন থক্তূদা।
পুনশিংগী মিকুপ খুদিংদা
অরা মুংঙাইবা মতমদা
ভক্তি লৈরাং কৎচবা।

লাইররবী ঈরোম্নি
খংদবনা হাঙ্গবানি
মৈতৈ কবি লাকথিনি।

অহিং মমৈ ওইরক্লে,
চিংথৈ মিক্লুপ হুরক্লে,
কাকৌ লাম্বাও শীরনি।

মুমদাংব্রাইগী কাম্দূদা
তমরা কোক্রি চেনবদা
পুকনিংগী তোর্ব্বানথক্তূদা

অশংবা তিংথৌ ময়োম্না
রাখনগী আসন থাহনা
ঈথক ঈরৈ খুদিংদা

কোর্ব্বাক মাংদা থা
খোরজৈ খুত্তা পাঙ্গ
পলেমগী নিংথিবা খোৎচিনহো,

থাবম্না ঈপোম·চৌরবা
শংবাম্বা অহিংদা
ইমাগী ফজবা য়েংজহো।

পোম্বী য়েংঙি ৰাক্তেদো
চেকলা য়েংঙি নোপ্তেদো
ক'বনা ৰাৎপা হৌনদে।

বসন্তগী মতমদা
তময়া পামেল থু'দংদা
তামনা কৌবা চেকলানা,

উ'ফ থক্তা খোংলিবা,
কালেন লৈরাং ফজবা
কবি-মিৎফমনা য়েংজহৌ।

নারক্তা শাৎপা লৈরাংনা
নমবিনবা য়্যাওদনা
অরেম্বদা মাংবশুম·

ঈয়াঈদা লোৎপা মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙানবশুম

চীংনা কোঈনা পংঙাকপা
হাওনা কোঈনা পনশাবা
মণিপুর সনা লৈবাকনা

অরেম্বদা ঙাললম্মী
অরেম্বদা শাৎলম্মী
থংবিনবা লৈতনা।

মৈতৈ'পুম্বা তিননা
পূকনিং অমতা ওইহনা
মমাগী সুংশিবা থংসমু।

পলেমগী সেবা তৌসন্নু
লৌশিংগী থাউমৈ থানসন্নু
মৈতৈ কবি লাক্কনি।
( Meet a nurse for poetic child )
( মিত্র সমিতি )
উরিপোক

---

## মরুপ কাঙ্গনবা।

শাৎচরো, ওসি শাৎচরো !
লৈরাং নাইতোম শাৎচরো।

কাম্বী, নমৈ হুল্লক্লে, নিংথম মকোক চং-লক্লে
লৈরাং 'পূম্বা কংখরে, শীংঙেনপূম্বা' থমখবে।
লৈরাং শাৎহোরে।

নাইতোম শাৎপা য়েংলগা শীংমান্নবা উত্রগা
থমোই লকা'মুংতুদা অন্নাবা মৈনা চাকলকলে
লৈরাং হেকলগে।

মুংশি হৈত্রবা মিং'সিনা, লৈরাং লৈখোক মথক্তা
গোলাপকী ফজবা শকফম্মু, পত্তনা-পুমতুনা মাংখিবা
য়েংবা ওমজরোই।

শাৎচরো, ওসিদি শাৎচরো !
লৈরাং নাইতোম শাৎচরো।

কাম্বী মমৈ হুল্লকলে, লৈরাং 'পূম্বা থমখরে।
মপুগী খুৎশেম শীতুনা, পম্বোগী লৈকোনমুংসিদা

লৈরাং লৈকা চাইথোক্কে।
লৈরাং শাৎচরো।

পান্নিংদে, হিংডুনা পান্নিংদে
নুংশি হৈত্তবা তাইবংদা হিংডুনা পান্নিংদে।
নুংশিবগী পরেংদগী, চান্নবা লৈরাংনা কেনখ্রবদা
অরাবা মাইথোং উডুনা রাবিনবা লৈত্রবদা
হিংডুনা পান্নিংদে।
মরুপ কাঙ্গনবা মৈচাকনা লকানুংদা চাকলবদা
মুংঙাইবা মাইথোং উডুনা মুঙাইবিনবা ফংদ্রবদা
হিংডুনা পান্নিংদে।
নুংশি হৈত্রবা মিৎ'সিনা তাইবং মোংফম থক্তুদা
মরুপকী ফজবা শকফম্মু, পত্তনা পুমত্তনা মাংখিবা
খঞ্জবা গুমজরোই।
শাৎচরো, ঙসিদি শাৎচবো!
লৈরাং নাইতোম শাৎচরো।
কাম্বা মমৈ লাকপদা লৈকোনগী মংলেম্ব'ক্তুদা
তাইবংমীগী মতৌগুম থেকনা নোকপা উবদা
লৈরাং লৈকা চাইথোক্কে
লৈরাং শাৎচরো।

কলিকাতা—কালিঘাট
২৭ ৭। ১৮ ইং।

## তামনানা খোংবা তাবদা।

চেকলা নংবু কনানো ?
অমৃতগুগা খোনজেন্না তাইবং পুক্লিং শুষ্মত্তুনা
সুংঙাইবা ইপোম হোইহন্দুনা
তাইবং তোর্ব্বান থুম্ব্লিবা।

চেকলা নংবু কনানো ?
তাইবং মিংনা উহৈদবা লাইরেবাক্কী উচেকলা ?
স্বর্গগী মরী থমনবা
পৃথ্বী'থক্তা লাকপরা ?

হেমন্ত ঋতু লোইরকলে
থাবননা কবনে সুংশিংনা ইংবনে
ব্রাখনগী ঈপাক ময়াঙদা
অনৌবা ঈথক হৌরকলি।

চেকলা নংবু কনানো ?
বসন্তগী মতমদা ভমরা পামেল খুদিংদা
মপুগী কোলোই শক্তুনা
কোকিলগা তেমশিংনরিবা !

শকপিখো, চেকলা শকপিখো
চৌদা খোঙ্গাং য়ৈহুনা থুকউ তানবু থাহুনা
ভাজগে, চেকলা শকপিখো
হরি কোলোইবু ( চেকলা ) শকপিখো।

চেকলা নংবু কনানো ?
তাইবং মিৎনা উরবদি মাংদা চালি শাববদি
চাংগী উইগে অথুমবা
চেকলা হেক্তুনা পিজগে।

চেকলা নংবু কনানো ?
তাইবং মাগী খোঞ্জেল্লা নংগী ভংখাই ফংদুনা
কোলোই শকপা ওমলবদি
পৃথ্বী'পূম্বা ইংগনি।

চেকলা নংবু কনানো ?
তত্তনা পুকনিং মুংঙাইবা মপুগী মগুণ ফোংদোকপা,
মীগী পাপপু উদুনা
চেকলা পাগথুবোই।

বিষ্ণুপুর।
৩০ | ১২ | ২২ ইং।

---

## মরৈবাক য়োৎবদা।

ওসিদি পুনশিগী অরাবা ঈচেন্দা, মুংঙাইবা ঈথক্লা হোরক্লে।
গোমুখী' নাপোমদা, গঙ্গানা চেনবগুম, প্রেমগী ধারানা শিন্থরে।
কুইনা নিংলকপা, মু'শিবা লমদম্বু, মাং'সিদা মিৎসিনা উজরে।
ঐহাক্কী তোল্লবা, উনাগী থাংপোক্লা, ঐহাক্কী ইমাংদা ওাম্বোইরে।

থংনবা চেকলানা, উথুবা পোম্বানা, তয়ামনা মুংশিনা ওকপিরে।
মলয়া মুংশিৎনা তপনা শীতুনা, চাকলবা থরাইবু ইংহল্লে।

নেমলবা পাম্বীন। উনানা হক্তুনা কাঙ্গনবা মরূপপু কৌশিল্লে।
ঐহাক্কী তোল্লবা উনাগী খাংপোক্লা, ঐহাক্কী ইমাংদা ঙাম্মোইরে।

অমম্বা অহিংদ', অঙানবা শুংথিন্দা, মাহাকপু কাউজবা ঙমজরে।
মাহাক্লা নোক্লকপা নুংশিবা মীনোকপু ঐহাক্কা থমোইদা য়েকথরে।
ঙসিদি উবদা মাহাক্কী নুংশিবা, বীনাগী খোঞ্জেনবু তাজরে।
ঐহাক্কী তোল্লবা উনাগী থাংপোকনা ঐহাক্কী ইমাংদা ঙাম্মোইরে।

কুইরবা মতুংদা খাংপোক্তা চংতুনা নুংঙাইনা য়াতাজরগে।
থাইনবা মৈচাকনা কংলবা চীম্বান্দা উনবা মীনোক্তু য়েংজগে।
কাঙ্গনবা মরম্মা চীকথ্রবা নাকোংদা তিন্নবা-কোলোঙ্গিদু তাজগে।
ঐহাক্কা তোল্লবা উনাগী থাংপোকনা ঐহাক্কী ইমাংদা ঙাম্মোইরে।

লোইরবা।

GPM—5,000/10-10-62.